# লৈরোন

( জৱহরলাল নেহরু বিশ্ববিদ্যালয়গী
এম, এ, মণিপুরীগী খঙ্গৎলবা )

# লৈরোন


রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্না
সম্পাদন তৌবা।



২বা ফোঙবা
১৯৭২ ইং

মমল ১°৭৫

ফোঙদোকপা—
শ্রীমতি ইবেমহল দেবী
সেগা বোড,
ইম্ফাল ( মণিপুব )

ছাপা নম্বা—
সরস্বতী প্রিণ্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল ( মণিপুর )

# লৈরোন

## লৈগী মরমদা খরদং

লৈ হায়বা অসি তাইবং পুক্লিং শুন্দাংলবা, থোংলবা অমস্তুং নৌরবা ঈশ্বরগী খুদোল্লি। লৈগী মরমদা Wilberforce না হায়—"Lovely flowers are the smiles of God's goodness." মহাক্না ফজরবা লৈশিং অসিবু ঈশ্বরগী মোমোন নোকপা মনোক্নি হায়রি। H. W. Beecher না লৈ হায়বা অসি ঈশ্বরনা মহাক্না শেম্বা পোং পুন্নমক্কী মনুংদা খাইদগী হেন্না ফজনা শেম্বনি, মথরাই হাপ্পদি মহাক্না কাওহৌরবনি অস্তুম্না হায়রি— "Flowers are the things that god ever made and forgot to put a soul into." লৈগী মরমদা ফাওরবা ইংরেজ কবি Wordsworth না হায়—"To me the meanest flower that blows can give thoughts that do often lie too decp for tears." ইচম চম্বা লৈ অমনা ফাওবা কবি অসিদা কয়াদা ফজবা রাখল পোকহল্লিবা! Croly নদি অস্তুম্না হায়রি— "The flowers are nature's jewels, with whose wreath she decks for summer beauty." মহাক্না লৈশিং অসিবু প্রকৃতিগী মণি-মুক্তানি হায়রি।

শাবী-শানৌগী তুংশি-তুংওলগী লমদা লৈগী মফম য়াম্না রাংনা লৈ। P. Benjamin না লৈ হায়বসি তুংশি-তুংওলগী অশেংবা লোণ্নি হায়রি—"Flowers are love's truest language." নোংপোকলোমদদি তুংশি-তুংওলগী রা ফোঙদোক্নবা অসি লৈগা

প্রমাণ তৌনা ফোঙদোক্নে। মসিগী মরমদা **Percival** না অস্নম্না হায়—**In eastern land they talk in flowers and tell in a garland their loves and cares."** লৈগী লৈকাশিংনা মরোল্দি থোক্তুনা ফোঙদোক্লিংবা য়াহৈদি ফোঙদোকই হায়না **Horace Smith** না হায়রি—**"Your voiceless lips, O flowers, living preachers—each cup a pulpit and each leaf a book."** ইংরেজ কবি **Longfellow** না লৈশিং অসিবু মর্ত্ত্যদা থোকপা থরানমিচাকনি হায়রি— **"Stars of earth, these golden flowers ; emblems of our own great resurrection ; emblems of the bright and better land."**

সংস্কৃত সাহিত্যদস্ু লৈবু অরাংবা থাক্তা থাঙ্গৎলি। মহাভারতকী মতমদা 'পারিজাৎ' অমস্তুং "স্নাগী লৈহাও" গী হাকথক্তা য়াথোক কয়া চাওনা থোকখিবা ! কালিদাসগী সাহিত্যদা লৈগী মরুংদা ফজবদা থম্বালবু অরাংবা থাক্তা পুখৎলি। মহাক্না রাজীব ( থম্বাল অঙাংবা ), ইন্দীবর ( থম্বাল অশংবা ) অমস্তুং পুণ্ডরীক ( থম্বাল অঙৌবা )—থম্বাল মখল অহুম অসিবু মফম চানা ফজনা শিজিন্নে। 'কুমার সম্ভব' কাব্যদা মহাকবি কালিদাসনা সমাধি চংলিবা শঙ্করগী মূর্ত্তি থাবদা মহাক্কী ভাংডুনরবা খুবাকপু থম্বাল অঙাংবগা চাংদম্নে। থিন্দোরকপা মখুৎ অনি অতুগা ফুগাইনা শাংপা থম্বাল অঙাংবগা চাংদম্নে—

"উত্তানপাণিদ্বয় সন্নিবেশাৎ
প্রফুল্ল রাজীবমিবাঙ্ক মধ্যে ॥"

রঘুবংশ কাব্যদা কলিঙ্গ নিংথৌগী মুরৈনবা কুচুবু মহাকবি কালিদাসনা থম্বাল অশংবগা চাংদম্নে। ইন্দুমতীনা স্বয়ংবর সভাদা সুনন্দানা মহাক্কী পরিচয় রাজকুমারীদা অম্মুম্না পিরি—

"ইন্দীবর শ্যামতনু নৃপসৌ।
ত্বং রোচনা গৌর শরীরযষ্টিঃ॥"

থম্বাল অঙৌবগা চাংদম্নবা রঘুগী চরিত্র বর্ণনাদা উবা ফংই—

"পুণ্ডরীকাতপত্রস্তং বিকশৎ কাশচামড।
ঋতু বিডম্বয়মাস ন পুনঃ প্রাপতচ্ছিয়ম॥"

মহাকবি কালিদাসনা যক্ষপুরীগী লৈমশিংগী পুষ্পাভরণ থাবদা লৈ কয়া কয়া য়াওরি—

"হস্তে লীলকমলমলকে বালকুন্দানুবিদ্ধং
নীতা লোধ্রপ্রসবরজসা পাণ্ডুতামাননেশ্রী।
চূড়াপাশে নবকুরবকং চারু কর্ণে শিরীষং
সীমন্তে চ ত্বদুপগমজং নীপং মধুনাম॥" (উত্তর মেঘ)

মতাং অসিবু বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা বাংলাগী শৈরেংদা কয়ামুক ফজনা পুথোকপগে হাযবদু য়েংবিয়ু—

"কুরুবকের পরতো চূড়া কালো মেঘের মাঝে,
লীলকমল রৈত হাতে কি জানি কোন কাজে।
অলক সাজত কুন্দফুলে
শিরীষ পরতো কর্ণমূলে।
মেখলাতে দুলিয়ে দিত নবনীপের মালা।

ধারাযন্ত্রে স্নানের শেষে
ধূপের ধোঁয়া দিত কেশে,
লোধ্রফুলের শুভ্ররেণু মাখত মুখে বালা।
কালা গুরুর গুরুগন্ধ লেগে থাকত সাজে।
কুরুবকের পরতো মালা কালো কেশের মাঝে।"

কবি জয়দেবনা গীত গোবিন্দগী তবানিথোইশুবা সর্গদা বসন্তগী লৈবাং তবানিথোই থাবদা অহানবমক্তদা লবঙ্গ হায়বা লৈ অতুবু কয়ামুক ফজনা থাবগে হায়বতু য়েংবিয়ু—

"ললিত-লবঙ্গ-লতা-পরিশীলন-কোমল মলয়-সমরে।
মধুকর-নিকর-করম্বিত-কোকিল-কুজিত-কুঞ্জ-কুটিরে॥"

বড়ু চণ্ডীদাসনা "শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তন"দা লৈ কয়া কয়া থারি—

"ফুটিল গুলাল মাহলা মালতী মাধবী লতা
লবঙ্গ দোলঙ্গ নেআলী।
শেবতী কনক যুথী স্বূর্থী কনক কেতকী
পারলি তুলালী।"

বৈষ্ণব কবি বিদ্যাপতিনসু বসন্তগী লৈবু অসুম্না থারি—

"কিংশুক লবঙ্গলতা এক সঙ্গ।
হেরি শিশির ঋতু আনা দিল ভঙ্গ॥"

মৈতৈগী অরিবা কবিশিংনসু মণিপুরদা ফংবা লৈশিংগী মতিক-মগুণ থাতুনা ফজ-ফজনা থনমই। কয়ামুক ফজনা থনমবগে হায়বা অতু 'লৈরোন' হায়রিবা লাইরিক অসি মিৎয়েং তাবিরগা খণ্ডবিগনি। লাইরিক অসি সম্পাদন তৌজবদা অশোই অঙাম অয়াওবা মখৈ সম্পাদকীনি। মৈতৈ হায়বা অসিসু লৈ-গু পাম্বা

জাতিনি। করি অমুক হায়গনি? য়াওশংগী লাওবদা অহাং-শিংনা মমাংঙৈদগী হৌনা শক্লরকলবা ইচম চম্বা ইশৈ মতেক অমা লৌখৎচবিবসি মিৎযেং তাবিয়ু—

"গন্ধবাজ চিগোংলৈ ভূমি চম্পা লৈপাকলৈ
লাইশং মযা সনারৈ,
পুথি মপাল কবোকলৈ।"

মৈতৈগী অবিবা সাহিত্য-পুক্কৈদা তাহুনা লৈববা **'লৈরোন'** হায়বিবা লাইবিক অসিবু সাহিত্যগী মচাক অমনি হায়হুনা মিৎয়েং তাবিববদি হোৎনজমল মহৈ য়াল্লে হায়না খঙ্গনি। লাইরিক অসি মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী গ্রাণ্ট ফংবদগী ফোঙ-দোকপা ঙমজবিবনি। মতুমক নৎলমত্রবদি অসুক থুনা ফোঙদোকপা ঙমজখিবোইদবনি। মসিগী দমক্তা শিক্ষা বিভাগকা কর্তৃপক্ষগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চবি।

শিবরাত্রি, **রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ**

তাং ১।৩।১৯৬৫ ইং

## অনিশুবা ফোঙবগী মতাংদা

**"লৈরোন"** হায়বিবা লাইবিক অসিবু **জবহরলাল নেহরু ইউনিভার্সিটিনা এম, এ গী** মণিপুরী সাহিত্যগী তন্নবা লাইবিক ওইনা হন্দক্কী চহিদগী লৌশিনবিবগী দমক্ত মরী লৈনবা ইউ-নিভার্সিটিগী কর্তৃপক্ষগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

জন্মাষ্টমী, **রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ**

তাং ১।৯।৭২ ইং

---

# লৈরোন



হুঁ হয়াহে হে লিকলাই-ও, ইবুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা-ও, নদাইরেম তম্ম ইরাক্‌মনা পোইরৈ মনুং ওই, লোইদাম মরাই কাবগীদু হয়া লাওনা তেংথাজরকে। লাইরেন নোংথৌরেন তুবি চিংলাই নিংথৌ লাইরেন কাংজেং ঙানবা হেকঙাই মনুং-ওম্, থমং লৈমচা, থমং নিংথৌ রাঙ্গোল লৈমচা, রাঙ্গোল নিংথৌ থমং লোকয়াই থাই, লাইজ ঈরাই থম্না, শেলৈ মীরুভোং পাইরৈ মীরাই ঙাক্লা পুন্নুং অচৌ মৈঙুম মদোম পানকবা, লাইরেন চীংথোং পুরিকলাই, লিক্লাই লৈশংলেন রাঙ্গোল লাই পাথং অতেংবা, নদাইরেম থাবা নিংথৌস্নুং নিংথৌ ১০ মা, রাঙ্গোল থাবা নিংথৌস্নুং নিংথৌ ১০ মা, লোকয়াই থাবা নিংথৌস্নুং নিংথৌ ১০ মা, রাংমা থাবা নিংথৌস্নুং নিংথৌ ১০ মা, থমং নিংথৌস্নুং নিংথৌ ১০ মা, নিংথৌ ১০।১০ মাগী মথক্তা মরাই কোয়বেন তোংবা নিংথৌ, অরাং থাকপা নোংশিংজং, কোয়্রৌ নোং পাথং অতেংবা, তুবি মৈনা পূংবা, মৈথি জানদোংবা, মৈরি তোমশাংপা, তুবি থিংকোক লাইরেমচা, লাইরেন চীংরা কৈথিংবা, য়োইশোই পেংশোই য়েকশোয় পেংলৈ মোবা, খোইরোম থোকনা

নৌবা, য়োইপরেং পরেং লৈনৌবা, তুবি য়োই-থরাম থরাম নোংতরেংবু মতুংলাংনা শেম্বা, শেনকুপলৈ লাংনা তাওশেনগুম্বা খোইযুম লাইমিংথোংবু শৈওনবা, তুবি চরাইরোংবনা শেনবি তেখাও লৈগী খুনলান লোইথা ফবা নিংথৌবেন্না লেংলমশৈনে। পোইরৈ মতুং ওইনা আনা ওইরকলে। লোইদাম কুম্বা য়েং-ওইননা কোরৌ থমনোংখোং রাংবন লাওনোং খোংলকলে। লাইজ ঈনৌ কা, কাওবি শুমলোই তাও, তুরেল লাইজথাংফল্, ককচেং তৌদোন খোম্, তাংলৈ ফৈনা লাম্, লিলহা কোন্না তাওবব্ লোইদাম কুমশাবকলে। লহাননোং নবুবা চিংখোং পোইরৈতোন, মমা লৈন্থুং পিযাইনুচা খোংফাং অতোনববু শাবি নোংদা চিংখনয়াং খুনবি য়াংয়িশা, লেবা অতোনবনা খুৎফাং লৈচেং ফান্না হোৎ, লৈমু তুংহুন্ননা কাউবি থুত্ত শু, মেন্নৈ য়াদা-চিক্, শেরাং নাশিনা, লৈরি খাংচেৎনা থুন্থুং য়োইচাখাবু পাও-থেমকুম্, লৈন্থুং পোইনাওতানা পোইরৈ মালেম খুনফাওবা কুম্বু ফংলকলে। লোইদাম থাজ্জা পাখংবনা কুমবি ওইওইনবকলে। পোইরৈ মপুং ওই, ওইদা আনা ওইবকলে। মালেম থিনখাই হোরকলে। চীংখোং লাকলেন কিশি তাই, শজ্জিক য়েননৌ কা, তিঙ্গোই পুমথাং লোন্, য়েনবিনা খুবোম শা, নেমবিনা শৌচিল লোন্, চীংয়া উরৈশংনা মালং খেনদৌ হোরকলে। চেকলা তোন্দৌ য়্মোইবনা, লৈতাং শেকনা তানা, পামেল উহৈ চানা ঙাওনবা কুম্বু ফংলকলে। পাখং খেনিং মরাচা, মোমতু চেংজা মশান ঙম্বশিংনা শমতুপ মানসেং চানিংবা, চরৈ মকা কোংমা, মান্নৌ মশীং তাকনিংবা কুমবু ফংলকলে। পাখং নানবা শম্বান-

থোং, শমলাং লংচাকলৈ মাকমরৈ উনগোই থোং, শমজি নাওরৈ থোংবু লুককোই শল্লাই য়েংনা হেন্নিং লমশা তোংনিংবা কুমনে। চীংলম পাংনা য়েংলবদি চীংয়া অরাংববু শানা লামবা ফংগে তৌগুমলকলে। চীংলৈপানগী অপক কাবনা মযাই কারকলে। তমলৈ পাংনা য়েংলবদি তমলৈপানগী অপককাবনা মমুংওইরকলে। চানিংঙাইবনা ককলৌ মানপন থন্, য়েংনিংঙাইবনা শাবন য়াংবি মনম শিবকলে। হাকুম শিংজা অকংবনা পামেল য়েননিং হুল্লকলে। পামেল নাপু ফাবকলে। চীংয়া কুমদমলৈ, কুমজিল অঙল লৈনা শাবন য়াংবি মনম শিবকলে, মপান ঙাংনা শারকলে। অমু লোইদামবনা রানা কাদং শা, য়িথোইবা লোই, পাউসুম হোংদি লোই, থিংক্রুক যাংক্রুক লোই, মরাম খাপুং লোইচললি, হাওবা মুয়ুম য়াইশংলিনা মুয়ুম শল্লাক শাবকলে। তাইবেন নম্বু থোংনা হাইশিং ফারকলে। উথুম্না চীংলৈশং, পাখং চিংথৌবি, মুরা পামশালি, মোগমুং শাংদিং তেমওন লিনা মপান ঙাংনা শারকলে। চীংহাও লমশং পান্না লোকলেন মঙান নাইরকলে। চীংয়া পোনবি অতাং-ঙানা লৌহাই লৈ, থাংগ্রা উপুনশি তেরা করাং মৈনা থোম্না তোরৈ ঙাল্লকলে। হৈরাং তাইপোম্বনা পামেল উবোই ফারকলে। কুরাও কৈয়া শাবনা রাইথোং লোল্লকলে। অঙৌবা পুরৈরোম্বা পেংওন-হি, হৈরাং নানৌবনা তাওজিং তোংশং ফারকলে। পামেল মপামনবনা পামনরকলে। লোকলৈনা লাইজি থোং, পুলৈনা শানা রাইরকলে। হুইদাও তোনবা লাকাপলেম্না মালেম লৈকাওরকলে। লৌরাই হামফুক পাইনা মপান ঙৌনা শারকলে। রাইথৌ তোনবা

শনখাম য়েন্না চামলৌ লাপুং কারকলে। এনবিনা খুবোম শা, চীংয়া লমশিং শেংনা মহৈ ঙাঙনা য়ান্, য়াইখুনা ঙাংনা ওন্, থারাম্না মনা পাক্, মানশংনা মনা লেক্, হাওশিনা মতাং খাং, লৌরাই হাফুরোম্না মরি চং, হুপলা হান্তাংশাংনা মতা লম্, এনম্না কুন্নাক শা, কোবা য়েন্দেমমান্না শংলৌ মপান কারকলে। লৌরাই খারা পোন্না এল্লাং খুদাপ ঙাইবন ফা, কোনবি কবোম্বনা শৌজিল-লোন্, মুরা হিগোক কুম্বান থোংগুম্ববু কুমজিং কোরি কারে। লৈরি ময়াম্বনা থেনপান কারে। কেকে মোইরাং অথা কোংয়াম্বা মরৈখং, শাবল লৈবি লৈকোংয়াং অয়াংবনা লৈঙা থৌজু নিকলে। হাওবা নান্দা খোইগুম লোইদাম কুমশারকলে। লৈমা য়োইবেম-ফাবি পাদমলৈ ককয়'ই মানবনা লৈনা মপাল উশোক লৈরা শল্লকলে। অহুস্নুং মদোমদে। লবুক লৈবি তোল্লোংবা, চাংজিন লৈবি খোংনেম্বিনা খাল্লে লৌবু মনম শীরকলে। অহুস্নুং মদোমদে। য়োইবু চিনফু লম্মাবী শিনখামলৈ অযাং লেমথোং পুংফারৈ, ওকযা তেমজিল্লৈ, পানবা কৈরাং লৈনা মোমন্থু চুবা লৈথেং ফারকলে। অহুস্নুং মদোমদে। মৈদিংগু নোইনাই থৌরাম্বাবনা শিংকাপ লাঙ্গাই লাং, হাওন্থু ময়িম থুম্বি ফানা-লাং, লাংনা কোংদানবা, খোইমা য়াংতকপা, লাংজেং চিফৈবনা লাংনা শমখোং কারকলে। হয়িচা নদাইরেম তযুম চিনগোই ইন্নাকমনা শিংলেন মফম থি, লৈরাং মচু থগ্না তেংথাজরক্কে।

## (১) লৈ কবোক

শিংলেন লৈপুনশি মোংবা ঙমজিং লোন্দবা, য়াওরা সুমদাও হুন্দবা, লৈয়াং, মচু থাওদবা লৈয়াং মন্নাক চাদদবা লৈবু লৈএ।

মালেম চিথেক ৪মা, মাইগৈ ৮, শুংদাই ১৬, শিঙ্গাই ৬১মদা তাইবং নমু, মীপুম হাঙদনা চিন্নরিবা লৈনে। হৈকোই শিংথোকপা, লৈয়েং নামি ফবনে, লৈবাং মখোক তাদি চায়াই নামফেন মানবা, শিংলেন মনা তাদি শরোং তময়াং মানবা, লৈরাং মপাম্পাদি পান্দা কবোক লৈগুম্ব, শিংলেন মচু য়াম্বা লৈনে। লৈরাং অংগৌবদি মোমনু থাপলৌ তাশিললৈনে, তরেং খোং-ফাংলৈ, শিংলেন অঙাংবা লৈদি উহি লোংজল-লৈ, লৈবাং অমুবদি হিগোক কুম্বাললৈনে; শিংচেল অরাওবদি য়াইচুং শংচু লৈনে; লৈরাং মুঙাংনবদি পামেল চিংজক্ নাপাকপা শৈয়ি মৈখা লৈনে। শিংলেন মপাল শাবদি কুহি হিরোন লৈনে। শিংলেন লৈপুম্মনা লৈবাং শিংয়াম্বা লৈনে, নমু মীনের হাঙদনা চিন্নবা লৈনে। পাবি তোন্না নাওথেমলৈ, ইঙা লৌকুমলৈ, লাইজ ঈখাংলৈ, রাইবা শাতানলৈ, চুযেন লাম্দাল্লৈ, য়োইনা ঙমদম হোৌনা লৈনে। মৈদিংচু শেনবি খাগেম্বনা চৌংদাই লোইবেন্সলৈ, পাইখু লময়েং লৈনে। খমতুং লাংওনবদসু ওনমন্নবা লৈনে। তুরা মেন্দোং খুদোল্লৈ, পাখং নাওরা চেলরাই লৈনে।

শিংলেন লৈ কবোক চাংদাইবা মখুনলৈনা মপান ঙৌনা শাবকলে। শিনৌ লৈ কবোকনা লৈরাং মতুং ওইরকলে। শিংলেন অতুম্বুং মদোমদ।

## (২) নোংলৈশং

লনলেন মদাইমা লোইরেন খুনবিরোক লোইবি পুরুম খুনবি নারেংহোবা লোইবি চৌংতুংখাং, হেম্বা চিংদাইয়ান তখেন

পুরোই মরমখৈ, লোইবি পানফৌচীং হেম্বা পানফৌপুং, মরেম মীশিনবদা পানবা লৈবু লৈএ। পম্মৌ মপা পামাচা, পলেম মমা পীমাচা, পামা মচন থিংনাং তাওবিনা মথিং লাইরেনববু য়ুকৌঙৈদা তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা তুবি অহোঙবদা মাংশোক লাইথংবদা শনকোন নাইকোন শানা লনকুবিরমএ। ফকলোন খাথংবদা শেরি শেঞ্জায়গা চিবু শানা লনকুবিববু তুবি অহোঙবনা পাওমেল্লকএ—তুবি শাৎমাবা লাইরেন পোকমাবা-ও, চিংঙু নরনকুদি তুবি নউন হু, লাইরেন নত্তাংমবু শিৎপিরমও হায়না পাওমেনববু ঐদি তাংজা নত্তে ইউন হুফরোই, লিলহা নত্তে ইতাং শিৎফরোই, তুবি কোইজা য়েক, লাইরেল য়াংবি শোন্দুম লনকুবিরমগে হায়না মরোই ইত্তাং লৈত্তাংলৈ খোইয়াংবনা লাইজ ঈরোনহুংগী ফকলোং চরাইমবু চেল্লুরে। তুবি অহোঙবগী কংলৈ মশুমাংদা ফকলোং চরাই থানা মরোই কোন্দ খুচুম মাই শিনাই মাইকা শকপনা তুবিনা ঢৌনা ওল্লিংদা হুংঙে পাক্তি-রোএ। লাইরেন্না মুনা ওল্লিঙৈদা অমুবা মুকমৈ নারিল শোল্লোএ। তুবিনা ঙাংনা ওল্লিঙৈদা অঙাংবা কোইচা য়েকচরোএ। মথিং লাইরেন পাখংবনা তুবি কোইচা য়েক, লাইরেন য়াংলি শোনবু লনকুবিরমএ। খুনবি নোংলৈশং অসিনা থাংঙা য়ুমলাই থিংনবিও হায়না লনকুবিরমএ। অহু নোংগীবু মথিং লাইরেনবা লনকুলৈ, পামা মচন থিংনাংতাওবি মরৈখং-ও ভৌনা কৌএ। খুনবি নোংলৈশংনা লোইরেন খুনবিরোক্তা মপান শংনা ফারকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৩) চরাইরোংবা মরৈখং

মৈদিংগু তুবি চরাইরোংবা খোইমোম লাইমিংথোংবু শৈঙনবা, হুংবি মহিথেন্দা ভিংথৌ খোংচিতোন, লেমলৈ ঙারা কোন্দেবা মহিথেন্দা লাইরেন নিংথৌরেন্না মরোং চুংশুদা, লোইবি খুচুম চাবু তাববু শোঙকিদনা, চীংশাং খোকলোই হৌববু শোঙ্গাংদনা, লেমলৈ ঙাতা-নোংদা লেমলৈ অচংববু রাকয়ে হিতুপ থন্, ঙানান হিমা তৈ, ঙরানা পোদোং য়ান, লাইরেন মরান ওন্দেরকপদা মদাইরেম খুমন মচা, ময়ু নোংয়াই হাওরমতোন অদোন য়াংবা কাইবা মনোংয়াই, নোংথোন তেংমাইথিনবা মপারি চোইনৌ সনা খাওজাও পুবনা শমু খোংলম চৎপদা মহৌ ফাইবোক য়িগা থংঙ্গাল চীংজাও য়িগা শারেন নাকপক য়িগনা তুরেন মোংবা য়িবু ফৈনা তুপখিএ। তুপপিও কৌত্র। তুপপি মহিথেন্দা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন মনাতাদি চোইনৌ সনা লৈখাম মানবা লৈ, লৈরাং মপান্তাদি কাওরেন ষণমিৎ মানবা, উশোক লেরা মানবা লৈ, শিংলেন কুন্না মান্না ঈরোক লাইচম থন্না চীংশাং নাপোম ঙান্না লৈঙাম্ববু শিংলেন মপান ফুক্কা লৈরাং লৈপুন শা, শিংলেন খয়োম শানা লাংলকলে। মোংবা তুথুপমদি শিংলেন খুৎতা শুনা লমওকনরবা লৈনে। নোংথোন তেংমাইথিনবা মপারি য়োইবা খুমনপা চানা খংলকলৈনে। তুবি চরাইরোংবা মরৈখঙনে। শিংলেন অতুনা মপাল উশোং লৈরাং মাল্লকলে। শিংলেন ভতুস্নং মাদামদে।

## (৪) শম্লোং মাইবা লৈ

হাওরৈ খাগা পাংবারম, থৌহু হুংপে-হুং, খমলাং পারম লানকাবনা হংবা কোন্দা পানবা লৈবু লৈএ। লমলেন মদাইমা

থৌচু হুংপে-হুং-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো? নয়ুরা চিংখোং পোইরৈতোন্না চিংবুরোই তম্বু কেন্না লাংওল্লকপদা লোইবি শিদবা হেম্বা নাদববু লৈরিগবরা হায়না খুনথিবকপদা ঈশং লাইন-খন্, লমশং লাইনা শানা ফয়েং নোংফাইবা, চীংহুং য়াইবেকপা খমলাং মপা অমনবা ইবেং মপু অকেম্বনা লাংসনা হায়না থৌচু হুংবু পৈরমএ। অচু নোংগীব থৌচু হুংবৈ-হুং-ও কৌবব পোইরৈতা ফাথিবনা থৌচু হুংপে-হুংও তৌনা কৌবমএ। লমলেন থৌচু হুংপে-হুং, খমলাং পাবমলান, ইবেংপুরম লান্দা পানবা লৈ, শম্বোং মাইবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি লুপা পাথাং মানবনা মপান তোল্লোং লৈপু নিকপা লৈনে। চিংখোং পোইরৈবাতোন্না শিংলেন মপান ফুকনা পুবকপা লৈনে। খাবি চানন তাবা, য়োইবেন নাকলৌ শিনবা, অমাই লেংনা তিনবশিংনা খোইরম লাই য়ুমচংনা, খারাই পুচৈ মথোং লৈনা হাংভৈদা কংলা পাংওদম্নবা লৈনে। শম্বোং মাইবা লৈনা লৈরাং মপান ফাবকলে। শিংলেন অচুম্সুং মদোমদে।

## (৫) মেলৈ লৈন্না নোংজুম্বা

হাওবৈ খানা পাংবরম, খুঙান নিংথৌ চেংলৈ লাম্বুবা ময়ুমফম, মরুম্বি রাংহু নোংদম চন্থুনা খুন্দাপুং, মমাইবা খুঙান অয়াং হাওব-চানা কাওরেন ষল্লম ইন্না খুন্দাবা-পুং, হৈরেম ময়ুম মাঙনিগীদি তাওশুম মানে। খুঙান ময়ুম থুংনিগীদি মুংবিতাউ শেংজা মাংও কৌবদি কদৌনোংগীনো? ময়ুম হৈরেম্না তেংথানা লাইজ ঈরেন পুংবুদি তমলেন চাওরকপা কৌএ। লাইজ তমলেন চাওরকপদা হৈরেম মচেৎমবু তাওথোকলে, তাওস্নুমাং-ও তৌনা

কৌএ। খুঞ্জান মচেৎমদি শেংজরোএ। শেংজা মাংও তৌনা কৌএ। হৈরেম তাওস্নমাং খুঞ্জান শেংজ মাংবু নাতৈননা ময়ুম খোংনিগীদি লেমলৈ ঙাখা খোংনিদা তেকপি ওক্না লাল্লবস্থ ওকনম থুমদবা, কাওরেন যণ্না লাল্লবস্থ যণমৈ চোত্তবা খোংনে। য়াংলৈ তাওবা হুইনা লাল্লবস্থ তাওবা, হুইবুক থুমদবা খোংনে। হৈরেম লাইজ ঈপাকথক্তা চোইনৌ সনা তোনফাংমানবৰু পাল্লে, তুরেন মৈপুংবি চাস্নুং ওংএ। লাইজ ঈরাংমদা হৈরেম মপান থোংশাইএ। হৈতাওচিং হৈচুমেৎস্নুং হৈমাই পোমস্নুং ওংএ। পামেল উনাওবোই তাইখম্বস্নুং পাল্লে। হৈবেম পুংমাথক্তা থেনমা থোল্লে। থেনমাথক্তা পুংমা থোল্লে। পুংমাথক্তা পামেল উজাও থাইএ। পামেল শয়ি থেমজা উতোন থক্তা পানবা লৈদি হাওরে নোংপোক পাংবরমদি কায়বৈ য়েনমিংনবা শিংলেন এরুম লৈবু পাল্লে। নোংনেম খানা পাংবরমগী পামেল থেমজা উকৈথক্তদি শেবাং মোল্লাং তেবাবু ওংএ। পামেল শয়ি উকৈমা হাওরে নোংচুপলা পাংববমদা কোকলু লুশি পাল্লে। অরাং লাইনা পাংবগী পামেল শয়ি উকৈমদা শিঙেল মরৈ পাল্লে। পামেল উতোম্বক, কোরৌ ঙমথংনা রাংবন ঙমলোম্নবদা লৈ সনা নোংজুম্বা লৈবু পাল্লে। ময়ুম হৈরেম্না তেংথানা খুঞ্জাম্না মিকৌনবদি মেলৈবুদি লৈস্না-ও তৌনা কৌএ। পামেল উতোনথক্কী লৈ সনা নোংজুম্বানবু খুঞ্জান লৈমা খম্বাফাবী লিনস্নুরোন লাকহি মোম চরৈ লকা পানবু তুংথাংনবী, থেরেলোংবা খুঞ্জান লৈমা খমলাং তাওবীনা হে ইহুনিংথৌ খোম্বা নাহা, পামেল পামশিং হৈবা-ও, তল্লা খংরাই কোম্না পামেল পামশিংকাব-ও, শিংলেন অসিবু

মথন্না মচু থাও, লৈরাং মথন্না মরাক চাম্বনা হাল্লগনে। পামেল উতোম্বক্কী শিংলেন অসিবু লৈহেকলা-ও হায়না থৌনেবপবু মতু খোম্বা নাহাবা পামেল উকাববু তল্লা অঙন্‌বা পামেল অরেম্বনিগীনা তল্লা উতোল লোমঙমদে। পামেল খাংরাইগী হলরাইববলে। থেবেলোংবা মচল লিনস্নুরোন লাকহি মোমবীনা শিংলেন অসিবু মথন্না মচুথাও, লৈরাং মখোক লোয়বনা হাল্লগনে, কনবা তুগুম্ববু তকলৌ শোন্না, কাচেং থাংকোক চৈশৌননা, কোরৌ থোয়না যেং, রাংবন পাংনা য়েংনা শোনমোইখিএ। হৈবেম চন্থবাশিং-ও, নখোয় চিন্নবিগুনো, খুঞ্জান পাখংশিং-ও, নখোয থেংনবিগুনো, হৈবেমচা পাখংনা চিল্লবদি পাখং নানবা শমজি কক, তাংজা ননা লেনগে হায়না থৌথিংগে। খুঞ্জান হুরানা থেংলবসুং মোমন্থ তাংজা নশম ককনা থৌখামগে হায়না থৌখামলৈবু কোরৌ হুমিংমদি মতু নাহা চেংঙাচা তেলহৈবা, রাংগোনচা খুংচুম্ববু থৌনেকখিএ। রায়বা তেলককমনা শিংলেন লৈবোংমগা শিন্না লৈহেকখিএ। অতুনোংগীবু চোংঙাচা খুংচুমনা রাঙ্গোনচা তেল-হৈবনা পামেল উতোম্বক্কা কাপথলেনে। থেরেলোংবা মচন লিনস্নবোন লাকহিখোম্বী মরেখং লৈসনা নোংজুম্বা-ও তৌনা কোএ।

মৈলে লৈস্না নোংজুম্ববু মৈদিংগু নোইনাই থরাম্বাবা, লাইরেন অয়াংবা শরি চোংবনা মশানৌ মেনসনা মুংয়াং চাওববু থারাম মপুংয়াইদা নোংমনরাগী লৈকাই পুজরুক, চেংবুম মনাওতোনগুম্ববু লনশিং নোংদা লাইরেন থিংলৌ নিঙনা তেরকলবদা মদাইরেম তাই-তল অমে নিঙোনস্থ চানা থৌখমাখিএ। লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ

ঐবু লোইবা ইবুংঙো, তাও। লাঙ্গোই শমায় ওন্না লেপপিখিও। পামেল অঙনবা তল্লা অরেম্বদা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন লৈবু হেকচখিগে হায়না থৌখামখিএ। তাইতল অমে নিঙোনস্থু চানা তল্লা থাংরাইনা পামেন পমশিংনরবগী শমু খুংনা ফংনা লৈ হেক্রবদা তাইতল অমে নিঙোনস্থু চানা তাংজা মরু লুকনা রাইনখিএ। হে লাইরেন মৈদিংঙু, তাও। লৈরাং অসিবু শমু খুংনা শুনা কুমগে কুমঙমদে, মালেম লৈদা কেন্থবসে হায়বস্থুং শিংলেন লৈরীক কেল্লগেনে। লৈরাং লৈরোং শামলঙেনে। শমু খাংদা য়েপ্পা কুমগে হায়রবস্থুং হুনাং লৈরিক কাবঙেনে। শিংলেন কোক্তা থেংনা লৈথেংকে হায়বস্থুং শিংলেন নংগী চিন্নমগ্নে, লৈরাং নংগী থেংনখাকনে হায়রঙেনে। মৈদিংঙু ইবুংঙো, তাও। শারেন শাস্থুং নত্তে, তরা চাকস্থুং নত্তে, য়ারেন খোংজি তোন্না চিকনা শিংলেন লৈথাজরক্কে। তরা চানখাকনে, শারেন নতংখাকনে হায়বিগনো হায়না তাংজা মরু লুক্না পুরুমজরল্লবগা য়ারেন খোংজি তোন্না চিক্না শিংলেন লৈথেংলবদা মদাইরেম তাইতল অমে নিঙোনস্থু চানা শিংলেন খুংতা শুনা মৈদিংঙুগী ফৈরা মতমপাক্তা রাইথুংলবগা লাইরেল মৈদিংঙু নোইনাই থরাম্থাবনা মেলৈ লৈস্না নোংজুম লৈবু শিংলেন কোক্তা থেংনা লাইরেন মরাল ওন্দেরকএ। অত্থনোংগীবু মেলৈ লৈস্না নোংজুম্বা মদাইরেম তাইতল অমে নিঙোনস্থু খামলৈ মরৌপান্দা পানবা লৈ-ও কৌএ। মৈদিংঙু নোইনাই থৌরাম্থাবনা মশানৌ মেনসনা মুংয়াং চাওবগী লনশিং-লৈ, থারাম খুঙমলৈ হুয়েল লালনিগীদি থারাম জিনস্থু মচন খারাই মেন্দে কৌবী মনিং কোংদি হনবী কাপচা শমখোম্না

তাইয়েক খাংব্রাইনবীবু ইয়োং কোংদিং থক্কী ফারকলে। থরাম খুঙমলৈ, মৈদিংঙু নোইনাই থরাম্বাবা মরৈখং-ও তৌনা কোএ হায়দবরা ? **মেলৈ লৈস্না নোংজুম্বানবা লৈ কদাম্বা লৈনুং-শিনা** পামেল থেমচা উফৈ খুদিংদা শিংলেন লৈরোং খাইনা লৈরাং খাদং শারকলে। হে খোইমোম লাইয়িংথৌ-ও, শিংলেন অসিস্নুং মদোমদে।

## (৬) বকুল

হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম পাশা মপুংয়াইদগী উল্লকপা লৈ, শিংলেন বকুল লৈনা মপান পোরোং য়াথিল মাল্লকলে। শিংলেন মনা লেকনা লোইদাম কুমশারকলে। শিংলেন অহুস্নুং মদোমদে।

## (৭) তুলসী

খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংপোক মালং হুমমোইবা, তোমান খাগোই শেৎপা, কোরৌ নোংখোং কোয়বা, খমগোন খুনেৎনবা, মালেম চিথেক ৪মা মাইগৈ ৮মা শুংদাই ১৬ মাবু মালেম মখৈ-ফং, কোরৌ মতোল লোম্না কোরৌ হুমিৎমদা ৭ লক কোয়ববু অরা হুইরাংশোন্দবা লাইয়িংথৌগা কোরৌ নোংলানপান্দগী লৈরাং লৈপান ফুক্না শমলাং জটাদা পুরকপা লৈ, শিংলেন মনাতাদি খোইয়ম লাইচু মানবা, মপান তোল্লোক মকা মানবা শিংলেন মনম চাওবা লৈ, বামোন লাইবু নিংবা তোমান খাংগোই শেৎপা, চরৈ ফিঙৌ ইনবশিংনা খোম্নাং ইখৈননা, অয়ুক চামাই লাংনা, কোরি তামি শুনা, লাইর্জ খিকফেন চাইনা, খোইমোম লাইফম হং, চিংঙু লাইরম শিন্না, লোইদাম থাজ অনৌববু চাওশিন্নবা,

ইরেং মাল্লে অনৌববু কোনশিন্নবা চিনগোই য়াম্না পল, রাকমা লৈত্তোন থোংনা শোনজিল লৈবু শিংলেন খুৎতা ওনা শঙ্গাই তোম্নান লৈবা মোহ্ন থবাক লিকলেংবনা লিকলাই নিংথৌ[illegible] শমু খুৎশিন লৈনে। শিংলেন তুলসী লৈহ্ংশিনা নোংপোক মাংলং হুমমোইবা মরৈখং শিংলেন লৈপুনশিনা মালেম চিপুংথক্তা লৈরাং মনম চাওরকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৮) কুসুমলৈ

পাঙন কুসু খুনলেনলৈদা পানবা লৈবু লৈএ। থরুক মঙ্গললৈদা ওংবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি পানবা কৈয়া মানবা, লৈরাং মপালতাদি সনা লৈত্রেং মানবা, পাঙন কুসু খুনলেনলৈদা পানবা লৈ, মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা থংদা খোইনাই শেলহোংবমশূনা থাংঙা ইরাল্লে, লাইবেল পোইরৈ খুঞ্জাওবা মবৈখংনা চরৈ লাকমা তোম্বা. পাখং নানবা শম্বানথোংদা চুশিল্লে, পাঙন কুসু মরয়না পোইবৈ লোইদাম ওইবগীবু শিংলেন মপান ফা, লৈরাং ময়াই কানা কুমশারকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৯) পেত্রুকলৈ

হাওরৈ নোংচুপলা পাবরমদা পানবা লৈবু লৈএ। পাঙন থরুক হুহিলৈ, নোংচুপ চারোন খিংখিং নারেং চীং, থোংনাং খাখাবা মেন্দাংবা খোল্লোন চীং, থোংনাং অমুবা মাঞ্জেং শূনা চীংয়া নাকপাক শারোন ইম্না লমথিবদি পাংগবরা পাংদরাই, ঙানবা অতোনবা হাওরা লোইনেনবা মখুরোন, পাঙন মতমপাক্তা থারুক মহিলৈদা ওংবা লৈবু লৈএ। লৈরাং মনাতাদি -য়াংলৈ তাওবা হুইরৈ মানবা, মপানতাদি পোরোং য়াথিন মানবা, মোমহু চরৈ

তুংথাংলৈ, পাখং মাল্লে লেকশেন ফিদা ভাইখোমলৈ, কাইনৌ পেক্রুকলৈনা পাচন থারুক ন্নহিলৈনা লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অত্থুং মদোমদে।

## (১০) খারম লৈশোক অঙাংবা

হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম লমলেন চোথে ন্নংশুকচাং, পানবি নাওথেমচীং, তাংখোং তাংলৈ চাং, মকান তোল্লুচাংদা পানবা লৈবু লৈএ। চোথে ন্নংশুকচীং, পানবি নাওথেম চাং কৌবদি কদৌনোংগীনো হাযরবদি, চোথে ন্নুরাবী হাওন্নু তোম্বাংন্নু লৌথিবানা মপারি শাত্তবা মমোম ফুইদবগী থৌজ ন্নংজন্মবু নমদা পো, পানবি নিংপাকপবু থাদা পন্না, হে ইজু চোথে পাখংব-ও, ঐনা শেংমাংশ হাইদৈঙদি শেনেমলকও, ঐনা শেন্নাংশে হাইদৈঙদি শেরাংলকও হায়না মজু চোথে পাখংশিংবু লানকৌএ। শমনম মদাইমবদি ছঙ্গুলল। অজু নোংগীবু চোথে ন্নংশুকচাং, পানবি নাওথেম চাং ও তৌনা কৌএ। চোথে ন্নংশুকচীং পানবি নাওথেম চাংনে। চোথে ঈশিং খোং ১দি তুইশালেং কৌএ। মরেম ঈশিং খোং ১দি তুই খালেং কৌএ। হেম্বা ঈশিংখোং ১দি অয়োবা তুই কৌএ। লোইবি ঈশিং খোং ১দি তুইখারেন কৌএ। মরেম ঈশিং খোং ১দি চংপক মইং ও তৌনা কৌএ। চোথে লমদাং ১দি ন্নংমিত্তাং কৌএ। হেম্বা লমদাং ১দি লুরাং তাং কৌএ। লোইবি লমদাং ১দি লাল্লুম যঙ্গোল-ভক থোংনাং কা-ম্বা অথৌবা ফানলম-ও তৌনা কৌএ। চোথে খাংজেন ১দি তাংখোং-ও কৌএ। হেম্বা খাংজেন ১দি তাংলাই-ও কৌএ। লোইবি খাংজেল ১দি মকন্-ও কৌএ। হেম্বা খাংজেন ১দি তোল্লু-ও কৌএ। মরেম খাংজেন ১দি চোথে ন্নংজিল-ও তৌনা কৌএ

হায়দব্রা ? হে লিক্ললাই-ও, হেম্না লমদাং মঙা ফাংবা, লোইবি ঈশিং-খোং মঙা থকপা চোথে খাংজেন মঙা শাবা চীং, চোথে স্নুংশুকচীং, তাংখোং তাং-লাইচীং, মকান তোল্লু চীং, পানবি নাওথেমচীং, লাল্লুম শাগোম্বাক মৈনিং মুৎপচীং, নাতেক লেশিং-কোন, চোথে স্নুংশুক চীংদা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন্না নায়োন্না পানবা লৈনে। [খাবা উন্না থেংলবস্নুং উন চংদে, লাইজ্ঞ ঈনা থেংলবস্নু ঈচংদে, নারোংননা পানবা লৈনে। পলেম মমা চাখা মাইপেং চনু পাইমা লিনগোইগী মোইরাং চোথে থাংরাই পাখংবনা নোংলোনথক্কা ঙাংখম ময়াই খাইনা কোরো নোংথিন পোপোপ্তবু চাওনা শাংনা তারকএ। অতু নোংগীবু থিক্রি নাচৌবা-ও তৌনা কৌএ। কেকে মোইবাং থিক্রি নাচৌবনা লোইবি চীংদা

পামেল উ থিবদা খঙলকপ লৈনে। খারম লৈশোক অঙাংবা চামলোনা নায়োন্না পানবা লৈবু শিংলেন খয়োম শানা লানা য়োন্না মোমতু তালোই মরুম্বিনা লৈমা শুমুলেম্বীদা লম-ওকনখিএ। কেকে মোইবাং লৈমা শুমুলেম্বীনা মোইরাংচা পাখংশিংদা শেৎথবিগনো, ঙাঙোই চনুরা শরাই তোংবীশিংদা পুন্না খাইথবিগনো, শিংলেন ইতোম থেৎনজগে, লৈরাং ইতোম চিন্নজগে হায়না থৌখাম লৈনে। খারম লৈশোক অঙাংবা চামলো লায়োম্নমা পানবা লৈনে, কেকে লৈমা অঙনবী তরেৎমদা শেৎথদা, ঙাঙোই রাঙ্গোন অবেম্বীশিংদা খাইথবা লৈনে। চোথে স্নুংগাংচীংদা শিংলেন মপান ফানা লৈবাং ময়াই কানা লাকলে। শিংলেন অতুস্নু মদোমদে।

## (১১) লাংথরৈ

হাওরৈ খানা পাংবরম লাংথা খুলেনলৈ হেম্বা পাকা চক্ মরেম অকোং তাংদা তাখেনচা অতেংবা, তরেৎ শেন্দম রাই, লাংথা অতোনবা রারেন হংদমরাই, লাংথা খুলেনলৈদা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন মনাতাদি ওকয়া তামৈ মানবা, লৈরাং মপান-তাদি পোরোং য়াথিন মানবা, লরাই লাংথরৈ চুবা লৈন্নুংশি, মাল মিংনাইবা ফানা লৈনা লৈকাই ইংখোল ফৈরোইন্নুংদা লৈবাং শংনা ফারকলে। শিংলেন অহ্নুস্নুং মদোমদে।

## (১২) তখেললৈ

হাওবৈ খানা পাংবরম মাল মথোংজিন, খমগোন মবাক-চিন, তখেন পুংকাউবৈদা পানবা লৈবু লৈএ। লমলেন মদাইমা তখেন পুংকাউরৈ কৌবদি কদোনোংগীনো? নয়ুরা চিংখোং পোইরৈতোনগা মৈতৈ লৈমা লৈনাওতাবীগা অনিনা মপারি খাইনা য়াম, মমোম তোকনহকলবগী লোইবি শিদবা হেম্বা নাদববু লৈবিগত্রা হায়না পলেম মমা লৈকোই থোং, খুয়া থৌবি মণ্ডম হোং, য়োৎপি চৈশু মরুং কুম্না খুম্বিঙৈদা রাংলেন মপুংচাবু কাওরমলে। অহ্ন নোংগীবু তখেন পুংগাও লৈ-ও তৌনা কৌএ। থোংনাং তখেন পুংগাওরৈদা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন মনাতাদি য়েৎপু তেমজিন মানবা, লৈরাং মপান্তাদি চোইনৌ সনা লৈত্রেং মানবা থোংনাং তখেললৈ নাকা মিংনাইবা ফানা লৈনা লৈকাই ইংখোন ফৈরোইন্নুংদা শিংলেন মনা লেক্, লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অহ্নুস্নুং মদোমদে।

## (১৩) হেনুজাম্বা ঙৌয়েকলৈ

হাওরৈ খানা পাংবরম লোইবি তাংখোংলেং তল্লা উয়োক কোন্দা ঙংবা লৈবু লৈএ। কেকে হেন্নুজাম্বনা অথাপ চীংবু কানা, অতাম ঈয়োক কোন্দা পামেল উয়া হেপনা ঙারা পৌদোং শেম্, তেৎনৌ য়োৎপুন শা, কচেং থাংবুন শানা খাল্লকপা লৈনে। শিংলেন ঙেৈনা যেকপা লৈ, লৈরাং মপানতাদি তাওবা হুইরৈ মানবা, শিংলেন মনিক চুম্না ফাবা লৈনে। কেকে হেন্নুজাম্বনা লৈমা নিংথি অরেমবীদা শিংলেন খয়োম শা, লৈরাং লৈপুন শেম্না লমওক লৈনে। খোৗরেন নিংথৌ চন্থ লোকলৌ হুমাই চুনশা ফবী লৈমা নিংথি তরেংবীনা কেকে লৈমা অঙনবী, মোইরাং শনগোন অরেম্বী, ঙানখা লৈমা য়োইরেনবী, চোথে নিংথৌচা লেংফাবী, খাম্বী লৈমা খোংয়াম্বী, লৌরাই হৌশেল পাং সুয়েল ঙাংচা লোইফাবী, শমলা লৈমা নামোইন্থু, লোনফু লৈমা মাইতাইন্থু, মন্থু নিংথৌ খাগন্জা অচানবা, চোইনৌ সনা তেমখাংনবা লিকফাংশিবগা, কুইমনবী লোইবি পানবোং ঙমবী হুয়েন শন্দাংফাবীগা উরা লোকন্থস্থ শাচুংঙম্বী লেংগা তাং ফাবীগা মোইরাং লাইজিং তোন্থস্থ লোইবি মহৌঙম্বী হুয়েল অরুরেং-ফাবীগা নিংথৌ উমা চন্থ লৈমা হামজাওবী, লোইবি চাবংঙম্বী, হুয়েন চিংমৈবা ফাবীগা কেকে মোইরাং লৈমা অঙনবী তরেৎ মানা শিংলেন হান্না থেৎলগনে থেৎনহন্দা; মোইরাংনা চিন্নগনে চিন্নহন্দনা থৌখাম লৈ, লৈশা নিংথি তরেংবীনা লোক্তাক ঙাতাবদা শিংলেন মতোম থেৎনবা, লৈরাং মতোম চিন্নবা

লৈনে। লোক্তাক ঙাতালৈ, করাং পান্দম লৈনে, হেন্নুজাম্বা ঙৌয়েক লৈনা লোইবি তাংখোংলেংদা শিংলেন মপান ফানা লৈরাং মরিক চুমলরে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (১৪) লৈপুমলৈ

হাওবৈ খানা পাংববম মালং মখোঙজিন, ময়ু নিংথৌ মচিংলেন, চিংলেন পললংলা, খোইমাম লাইবুংথোন অরাংবদা পানবা লৈ, শিংলেন লৈপুমলৈনা পাখং নানবা লুবোইথক্তা মালং চৈরোইননা লেংলেংলকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (১৫) লৈয়েকলৈ

লমলেন মদাইমা কেকে থংজিং লিরামৈ ঙাঙোই হাওদম খোং, শম্বোং য়োইতা পুং, কেকে থেংলৌপুংদা ওংবা লৈ। খোইমোম লাইয়িংখৌ, থংজিং কোইবেন নিংথৌ, খুয়োনা য়াংলৌ লৈপাক মাপা থোনাং ময়াংঙম্বা, লাকা যণশেন ফবা খোইমোম শানা মখোঙ খাদা পানবা লৈবু লৈএ। কেকে রাংখু চুনবা মোইরাং রাংহন নিংথিবনা মবান য়ুমগা শা, মরোন লোনগা শেমগে, য়ুম্বী চাওরা হোংগে হায়না চীংলেন নাপোম শম্, ঈবোক লাইচম লান্না পামেল উ থিবদা খঙলকপা লৈনে। রাংখু চুনবা রাংহন নিংথিবনা শিংলেন অসিদি করমনা চুনবনো, লৈরাং অসিবু করম নিংথিবনো, লৈরাং লৈকা খুদিংদবু শিংলেন ময়েক থোক্, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লাইরিক লৈমা শিংজাখোম্বী মুকমৈ নারিন শোনগুমএ। থংবা নোংনিংথৌ কোনথৈ অতাম্বনা শিংহুম নিংগোই য়েক্কুমএ। শিংলেন লৈয়েকলৈ অসিবু ইমোম

হৈকোই মশিং শু, লাইয়েং ফিফম ফাবী ইমোম কোইরেম্বীদা লমওকনগে হাযনা শিংলেন মপান ফুক্, চামলৌ লানা য়োম্না লমওকনখিএ। মমোম কোইরেম্বীনা মোমন্থ শমত্থক মান্দেং চাউ, চুপলেন নাপা ঙাম্না মতোম থেৎনখিএ। অত্থু নোংগীবু কেকে রাংখু চুনবা মরৈখং-ও, মমোম কোইরেম্বী লৈয়েকলৈ-ও তৌনা কৌএ। শিংলেন লৈয়েকলৈনা লমলেন থংজিং লিরা মৈদা লৈবাং মনা লেকলে, খোযমা তুমবৌ শা শিংলেন মতা লামলকলে। শিংলেন অত্থসুং মদোমদে।

## (১৬) থম্বাল

লমলেন মদাইমা কেকে ঙাইতে লৌকোম্নুং, কোম্নুং অচনবা চেগাই লৈযা তৌ, ঙাইতে পনমরু থম্বাল নোংশালৌ, ওইনম খুবি পোক, মচল লৈমা কেকে হাওকু লৈমা লোইনাইতাবীনা লংশুং খোংগা তিংনা খাবম লোইচল্লম, মত্থু হাওমুবনা লোই হারম হাউতোনবনা লোই কেল্লম, খুন্নুং লৈহন নিংথৌ হাওবা লোই-রেঙ্গাম্বা লোইয়মচা, অহোংবা মচিংজিন, রাংলৈ খাইজবা মপান খোকরা তাঙাংপুং, খুয়োল থাংলৌ লমন্নুংশি, চোইনৌ সনা পুম্বোং-পান, মোইবাং নিংথৌ মুয়াং চাওবগা কোরৌ অথোং নিংথৌ চন্থ রাংবন অরাই লৈমগা লমচিন মরৈশাবি হাওন্থ লায়োন্নুগা লমলেন মপুংয়াই ওইবগা মশন মানবি চীংলোই তমলোইবগা রাংলেন মরাং হৌ, তরেৎ শেনফাং য়ৈনা তোইরাংচীং, তোংদোই লমন্নুংশি, কেকে মোইরাং লৈমা চেকয়াম্বী, থোঙাইবা ফাবী লমলেন মদাইমদা পানবা লৈ, কেকে শিংচা-লোং, মোইরাং

শিংথা-ফাই, পুইদিং মনাতাদি লুপা পাদাং মানবা, চরোৎ মপানতাদি তোরোৎ লুফানিকপা লৈনে। নিংথৌ মুংয়াং চাওবা য়ুপা রাইতং নানবা, মমোম চাবরোন লৈমা থমোইলাংবীশু নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন চীংখোং থোংগ্রাইবদা কাওজনবৈদা লৈমা থমোইলাংবীনা হে পলেম ইমা পোকপি, কেকে উদোই কাও অহোংবা চন্থু পুরাং লৈমা ইরাংলোম্নে, নমোম ঐবু ভয়ম নাই শমশাং কাওবেন শনচিরাকপু ললউনবি-ও। কেকে শিংচারোৎ মোইরাং নায়ানফাইবু ললউনবি-ও। হয়েং নোংযাই মপুংয়াইদা ইপারি খাইনয়াম, ইমোম তোকনরবদা ইঙা তোনপন লান, কোরৌ শেনথিরান, রাংবন পাইথিরান, থাংঙা থন্দম্বা মথন ভম্ কম্বোং থনশেম্বা মথন মাং, লৈকাই পাফংথৌ অয়াম্বনা শাফা থন, শাচং য়ুরেন চানা শংশোং য়ান, পুইদিং হানা কুপনা খোইবু ইহুম শানরুগে হাগনা রাহমখিএ। অতু নোংগীবু ইরাংলোন মবন উন, চাফারোন লৈমা থমোইলাংবী মরনউন-ও কৌএ। কেকে শিংচারোৎ মোইরাং শিংজাফাইনা ঙাইতে লোকোন্নুং থম্বাল নোংশাবৌদা পুইদিং মপান ফারক্লে, শিংলেন মপান তোরোৎ পুংফা নিকসকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (১৭) লাইয়েন হনবী পাওথিললৈ

কেকে লৌরাই লৌতাওথোং তাওথোং লৌরেনবা রাংথা লমহুংশিদা পানবা লৈবু লৈএ। তরা চাঙনবী রাংলৈ য়ুরুমবী রাংথা লমহুংশি-ও কৌবদি কদোনোংগীনো? লুরাং লোইনাই য়াওশা তানবনা লাবা খুমনবু য়াংদো শারম লিঙৈদা তরা মচাক

য়োম্বু চকপা হৌরা ঙাম্থোংকোক্তা ঙাল্লমএ। রাংলৈ য়ুনিংখাকসুং ইচায়রেন হাওরিদা লুমজরমএ। পামেন রাংমু মনাসুং তরা চাক চারমএ। অছু নোংগীবু রাংলৈ য়ুরুমবী তরা চাঙানবী-ও ভৌনা কৌএ। লরাই লৌতাওথোং তাওথোং লৌরেম্বা রাংথা লমহুংশি, রাংলৈ য়ুরুমবী লৈরাং চহুই পোক, খরং নেম্বাই লৌ, কাকলেন নোংদং লৌ, মকু হুইশোন লৌ, শঙাই কোংয়েং লৌদা পানবা লৈবু লৈএ। লাইয়েন খুবী নোংমল্লে, লাইয়েন হনবী পাওথিল্লৈ, লৌরাই হাওতা লৈ, নোংয়াই থিংকানখুবা রাকয়ৈ হিথা লৈ, লৈতাং হাওরোন লৈ অঙৌবদি কদোনোংগীনো? খুয়োন খাম্বা লায়রবগা মরুম লাইয়েনহনবীগা শাবি মতৈ-মনাওনা কৈরাথোং থোকপা, চংবি পানফোয়গে হায়বগী পনম চংথোকলকপদা তালোই মরুমবী, লুমলেন অতোনবী লাইয়েনখুবীনা লৌরাই লৌতা লৈবু মোমহু চুবা ঙাইথিং থন্না থেংঙম্ববু চেংলৌ মিংথিংলবগী মরুমবী লাইয়েনহনবীনা হে ইথংলেন খুয়োন খাম্বা লায়রবা-ও, তালোই নংগী লুমলেন অতোনবা লাইয়েনখুবীনা চুবা ঙাইথিং থন্না থেংঙম্বা লৈ অসিবু মাঙ্গী হৈরাং লোনচংনা, মনুং থোংগা পরৈনা, য়ুমলক লুথুম্বা লমলক লুকাইনা পাখং খেনিং মরাচা, মোমহু চেংজা মশান ঙম, মাঙ্গা মনিংনবনা শিংলেন লোন্না পিবা লৈনে হায়না পাও-থিল্লবদা মথংলেন খুয়োন খাম্বা লায়রবনা লাবা কলহৌনিকনা রাহমখি এ য়োইবুনাই লুমলনে অখুবী-ও, শিংলেন কনাগী মেল্লোং খুদোম্নো হায়না রাহমলবদা শাবি ইবুংঙো তাও, ননাই ঐবু হৈরাং লোনচংনবু পুম্না লৈজদে। খোইমোম লাইনা খংসুনো হায়না পাওথুমজববু মথংলেন খুয়োন খাম্বা লায়রবনা লাবা কলহৌ

নিক্না মরুমবী লাইয়েনখুবীবু লিরুং মখুৎশুনা চৈবিরবদা মরুমবী লাইয়েনখুবীদি মোমন্থু হৈরাং মচায়ান, তাওজিং মপান লোইদাম থাবু ফা, য়াওরা মশিং শুরবনিনা লৌরি শেন্দোই নমঙানা, পিরেন ঙাইখাংনা, তল্লা খাংতেকননা নোংমল্লে। মরুম লাইয়েনখুবীদি শোইখোং তাইথেত্তা, মহুং থাঙ্গা পরৈদবনিগীনা খোইমোম লাইনা উরবগী মথংলেন খুয়োন খাম্বা লায়রবদি কোরৌ নোংবু য়েং, মালেম লৈনা খাংলকলে। খুয়োন খাম্বা লায়রবনা য়াওরৌ শাতানবদা মাল্লৌ মাগী কোকথোং ফি, চরৈ লমফংদবা ফিবু মালং মথি নাই, খমগোন মরাং হৌবনা হুমদোকখিরবগী খুয়োল খাম্বা লায়রবদি মালং চৈরোইননা চরৈ ফিরম ইনখিববু নোংয়াই থিঙ্গোন খুবনা লুরক কাংদৈ থি, খোনাও লোম্থোং লেল্লে। অহু নোংগীবু নোংয়াই থিঙ্গোন খুবা, রাকয়ৈ হিথা লৈ, লৈতাং হাওতক লৈ, খুয়োন খাম্বা লায়রবা ফানা লৈ, মরুমবী লাইয়েনখুবী নোংমল্লে, লাইয়েন হনবী পাওথিললে-ও তৌনা কৌএ। লৈতাং হাওতক লৈ, লৌরাই হাওতক লৈনে। কেকে লৌরাই লৌতাওথোংদা শিংলেন মপান ফারকলে। মোমন্থু খুৎলাই পানথোংগুম মপান ঙাংনা শারকলে। শোয়রেন ফুম্বি ঙাল্লকলে শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (১৮) লৈ কবোক

কেকে থুমু মাইরেনবা ময়ুম্মাং হুয়েন লাম্নিগীদি চানা কোংকান মরৈমাবি, মোইবুং পোৎতম শেম্বি, লিকোন চাদা লাইয়্নিবিবু লৈমু শেংথাক্লা লৈহাও শেংরোই পুংদা পানবা লৈবু লৈএ। লৈরাং

মনাতাদি কাওরেন ষণখোং মানবা পামেন উকু লৈ, শয়ি ফান্দোংয়েক, নমত্থ পুংজম লৈ, কাংনি মচিন লৈ, য়োইময়াই তাওদনবা লুথোক লৈ, শিনৌ লৈ কবোক, তুরোন তুংথাংলৈ, পামা মচন থিংনাং তাওবীনা মথিং লাইরেনবদা লনকুলৈ, চিনকু লম্মাৰী লনশালৈ, হৈনা য়াংন্থুনা চিন্না লৈনে। মৈদিংঙু নাওথিংখোং মঙাং ঙম্বা মরৈখং শিম্মোই খুং মৈদিংঙু চিংখোং লমগাইঙম্বনা ন্থুঙ্গাই ফান্দোংনা ন্থুমিং থারা ফানা লৈ, লাইরেন কায়নৌ চলাম্বা সনা য়াংন্থু মরৈখংনে। থাংরাই নিংথৌ মুয়াংম্বা থিংবা খুঙম লৈ, থিংবা পোংমিং নাইবা ফানা লৈনে। মৈদিংঙু শেনবি খাগেম্বনা ফুনান খুঙম লৈ, হুয়েনলকপু লমগাংপু ফানা লৈনে। পোইরৈ খুজাওবনা ময়াংখাং ফানা লৈ, খেলেকপু ফানা লৈনে। মৈদিংঙু শেনবি পাইখোম্বা ন্থুংবি পালোই লৈ, চানা মিংনাইবা ফানা লৈনে। নোংথৌরেন তুবি চরাইরোংবা খোইমোম লাইমিংথোংবু শাইওনবা, ময়াং চাংয়ান্নবা, হুয়েন শেল্লিংবা ফাবা মরৈখং কায়না লান্দা লৈ, অরাং লাংথবান তেল্লৌ লমদাইথেত্তা থৌদোং লৈ, মৈশা মৈথাংনা লমলেন কোম্বিরাদা তেনশিং লৈ, শায়বা পাল্লোই লৈ, লৈশল খুঙমলৈ, হুয়েন কাইনা লোক অথৌবা ফানা লৈ, খাংবা লমতা লৈ, য়াংলৌ লমকুম লৈ, থানথোং লমকোন লৈ, হৈনা য়াংন্থু চীনী লোংবা উশোং লৈরাংথিন ফানা লৈনে। য়োইময়াই তাওদনবা লনকু-লৈ, পামেল উকালৈ, শয়ি ফান্দোনয়েক শিনৌ লৈ কবোক্না মনা কাওরেন ষণখোং মাল্লকলে। লৈরাং অত্থুসুং মদোমদে।

## (১৯) তাখয় তোন্থ সনা লৈ

কেকে মোইরাংলম মরোং কাইমু ময়ুমনাক পাংঙা লৈকোইফোং হুয়েল লান্নিগীদি লংমাই লম্বু অয়াং ফানলম মনাও লৈহৌও শেংওইপুংদা পানবা লৈবু লৈএ। পাঙন মতমপাক থরুক হুহি লৈ, থোংনাং খাগরা উতোং মেন্দাংবা খোলওন-চীং, পাঙন মতমপাক্কগী থোকলকপা লৈনে। থোংনাং মনিংথৌ কালারাজা লমজিংবা মপারি মশোম রাহায়বনা য়ারা পুখাম্বা লাংজন পুরিতু চরৈ ফিনা য়োম্না পুরকপা লৈবু কেকে মরোং কাইমুনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পাথৌ কালারাজা লমজিংবা মপারি মশোম রাহায়বা-ও, ঐগী দমক শিংলেন লৈপানমবু খাইরমলবদা কেকে মরোং কাইমুনা ইংখোন ফৈরোই খা, শেনবি হুমদং খানা লৈঙোই খোংশোমননা নাওয়োকখিএ। মমোম অখম তোন্থুনা কেকে লাইখুরোংবী লোকলৌয়ি, মোইরাং লৈহনয়িবু লাইজ ঈপাল রাই, পুল্লাং লুরোই হোন্না লাইজ খিকফেন চাইনা নাওয়োকখিয়ে। শিংলেন অতুনা মপান ফারকলবদা মমোম অখোম তোন্থুনা মোমন্থু চুবা ঙাইথিং থন্না মদোম থেৎনখিএ। অতু নোংগীবু কেকে কাইমু মরৈখং, মমোম অখম তোন্থু সনা লৈনা কেকে থাংঙা লৈকোই ফোংদা লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (২০) নুরা খুন্দোংলৈ

লমলেন মদাইমা কেকে লৌখাবা থাংঙা লিপি চীং, মানা লৈমা চৌন্থু চন্থু লাংহৈ থোইবী কারাং মপিথেন, হুয়েল লান্নিগীদি হৌরা থেন্নুসু নমপোক চৈথংগী কাম্বোং মৈরা চাওগুম্বা ফানাথেন্দা

পানবা লৈবু লৈএ। কেকে য়োইফা কানৌজাম্বা মমোম মোইবী অশৈন, চিংঙাবম নিঙোনবীনা মপাম থাংড়া খুলহোংঙৈ, কারাং খুনকুমঙৈদা শিংলেন খুত্তা গু, লৈরাং থাদা থেৎনা মপাম থাংড়া খুনগুম্বা কারাং খুলহোংখিএ। অত্তু নোংগীবু হুরা খুলহোংলৈ-ও কোবব্ পোইরৈতা ফাথিবনা হুরা খুন্দোংলৈ-ৰ তৌনা কৌএ। শিংলেন মনাতাদি খমগোনলৈ বুচু মানবা, লৈরাং মপান্তাদি কাইরৈ য়েরুম মানবা, শিংলেন মহৈতাদি য়াইরেন থারৈ হুংচানগুম্বা, লৈবাং মপাম্তাদি হাঙকা মকালৈ মানবা লৈ, হুরা খুন্দোং লৈনা থাংড়া লিপি চাংদা শিংলেন মপান ফা, লৈরাং ময়াই কারকলে। শিংলেন অত্তুসুং মদোমদে।

## (২১) হনুবা লৈ

লমলেন মদাইমা খোইমোম থোইবলেন মচিংজিন্দা পানবা লৈবু লৈএ। মৈদিংঙু নোইনাই খুমোম্বা চনু রাংঙমলোন কৈথেন থানবলা থাংড়া ফিশুইঙ কারাং ফিকৌইঙদা শিংলেন হনুবা লৈবু লৈবাং খুত্তা গু, শিংলেন মচু য়েংনা রাহমখিএ—হে ইদাইরেম কেকে খুনফাংথৌ, মোইবাং নাইফংথৌশিং-ও, শিংলেন মনা অশংবা অসিদি থংলেন ইনেম মচা কেকে মোইরাং অদোল্লকী লোইজা অম্বা হনু মাল্লে কারবা, হনবা ইরেং চল্লবগী লৈরাং মশান মাল্লে। লৈরাং অঙৌবা অসিদি ইমান মচা অঙৌবা নিংথৌ তোরা খুরাই পনম হুমিং থোক্কুমবা লিক, থমোই কাইজ ফাবা লৈরাং মপান মাল্লে। শিংলেন মপান অঙাংবা, সনা লৈত্রেং মানবা অসিদি রাঙম ঐগী ইচু মাল্লে হায়না লৈরাং খুত্তা শুনা রাহমখিএ।

অতু নোংগীবু শিংলেন হন্নুবা লৈ-ও তৌনা কৌএ। লৈবাং হন্নুবা লৈনা খোইমোম থোইবরেন মচীংজিন্দা শিংলেন লৈপান ফানা, লৈরাং লৈচু অহুম থোক্লা শিংলেন মপান ফারকলে। লৈবাং অতুস্নুং মদোমদে।

## (২২) কোম্বি মচু লিকপা লৈ

কেকে শামুককোন্দা পানবা লৈবু লৈএ। কেকে শামুক কোন-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়বদা মপন রাঙমলোন নাওবেমতোন, রাংগোন লাইকাবেম্বা য়োইবেন শঙনামু'বু ললউন তানবী রাঙমলোন মরাওফাবী লিনগোইগী কেকে মোইবাং শিংহৌ, ঙাঙোই উবা খুন্দাবগী কাওরেন মষণ চাবু মাংবি কোংক খাংনা শেল্লমএ। অতু নোংগীবু কেকে শামুককোন-ও তৌনা কৌএ। ঙাঙোই শামুককোন, কাম্বা ঔরি খোং, পুরাংবা লৈকোন, এবক খোংদোনমন্‌, মোইবাং খোংফৈনাও, খুনপাম পাংতা পানবা লৈবু লৈএ। শমন লৈমা নামোইন্নু, লোমফু লৈনা মাইতাইন্নু, লোইবি পানবোংঙম্বা, হুইয়েন মাই শগ্গাংফাবা মকৈখং, শিংলেন মনাতাদি মোমন্নু শংদিং মাইতাই তেম মানবা, লৈবাং কুনা য়োম্বদি মচু নিংথৌ খাগা রাজা চোইনো সনা তেমথাংনবগী কিয়াং লিকফাং মানবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি হুবা লংথোক তরেং মানবা লৈ, লৈরাং মচুতাদি হুরা হিগোক বুম্বান থোংগুম কুমজেং কোরি কাদবা লৈবু লৈএ। কোম্বি মচু লিকপা লৈ, কেকে শামুককোন্দা লৈরাং মপান ফারে। মোংবা কম্বোংপুত্তা কোম্বি কবোংনানা শৌজিন্স লোল্লকলে। ককলৌ মানপনথক্তা হুরা লংথোক তরেং মাল্লকলে। শিংলেন অতুস্নুং মদোমদে।

## (২৩) নুংগাৰৈ

হাওৰৈ নুংশিংলা পাংবরম মেন্দে লিশংখা মেন্দোং নুংগাই চীংদা পানবা লৈবু লৈএ। থৌজু নুংগাৰৈ শিংলেন শংনা ফবা লৈ, লৈরাং লৈকা য়াম্বা লৈ, শিংলেন মরোং চুম্বা লৈ, থৌজু নুংগাৰৈনা লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (২৪) উয়ুং পামশং লৈ

লমলেন মদাইনা হাওৰৈ নোংচুপলা পাংবরমদা লোইজিং সাবোন য়া, নোংচুপ ভাফুবোন খিংখিং নারেং-চাং, অশা কুদৌ উয়ুং পামশংয়া, থাংজি নারেং পাক, কেকে ওকনরেন, ভোইরাং থানরেন, খুয়ান মেনম ভাক খোইনাই ভাইবিরৌ, খোইমা উয়ুম-পোক, কাইবৈ য়েল্লুফৌ কেকে নিংথৌখোং, লোকলৌ হিথাখোং পাংর, বৈরাংখোং, কেকে মোইরাং থোইবা লাংমেনম্বা বোংকি চিংপান নোংমাই হয়েল অথবা নুকু বাই, লোকলৌ হয়েল তু, থাম্বি লৈনা কোংয়াম্বা পুইজ খেংদেনম, মেন্তাক লমথোনপান, ভানমা লমশেম লমদা পানবা লৈবু লৈএ। অদোন নোংয়াই পুরেনবগী মপারি কেকে কোইবাং থম্বা লায়রবনা শিংলেন লৈপুন শা, লৈবাং পাবোং শেন্না লাংলকপা লৈ, কেকে চা পাখং, ভাঙোই চহুরা পুন্নমানা শিংলেন চিন্নরৈ, কেকে থম্বা লাইরবা মরৈখং, পাখং হাওগৰৈ, চীংয়া উয়ুং পামশং লৈনা লোইজিং শারোন য়াদা মপান ভৌনা শারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

লমলেন মদাইমা খুরোই হাওরা লমলাংদোং কেকে খুপুং ভরাংলা, তৌরেন য়াংনমপোক, ফুনফাই লমনুংশিদা পানবা শিং

পামেন উয়ুং খাংজেংআ, নোংবান কানাইবা চুমমৈ শাংনা চিংঙু নোংথৌ শোরারেন অরাং পাখং য়োইরেনববু শিংবি উকাথক্লা কানা মৈগা য়ুংনা তেমশিংউ, কোরৌ চৈখাকপা পান্দম উবু লুরাং হৈন্থু থুম্বা চন্থগা খোয়নৌ মতা হৈন্থু নম্বা চন্থগা মমান মচা নোংয়াই হাওকোকথোং খুমন তন্থইয়াংগা পামেল তংখাই লৌ, শিংবী লুদা থোংনা শিংজনৈদা পামেন উরু তাঙ, উয়ুং শোইনৌ ফুক্লা থাবমএ। অন্থু নোংগীবু হৈন্থু থুম্বা চন্থ শিংজল্লম, হাইন্থু নম্বা চন্থ শিংথাপান-ও তৌনা কৌএ। নোংয়াই হাও.কাক-থোং, খুমন তান্থইয়াংগনা শিংজল উনে, পামেন উয়ুং খাংজং-আনা লমংলেন মদাইমা অরাং কায়নৌ লৈচাংখাই, চংখাই লমন্থংশিদা পানবা শিং, শিংবি লৈরেন খৈ, পানদা লৈবান শিংবু শিংলেন ঙামজৌ পৈ, শিংবি থারোন হিন্না খোইয়ম লৈবান শিং, উয়ুং খাংজেংআনা খুরোই হাওবা লমলাংদোং হাইন্থু থুম্বা চন্থ শিংথাপান্দা পামেল উরৈ শংলকলে, শিংলেন লৈথেং ফারে, চীংয়া উয়ুং পামশং লৈনা পামেল উবে শংলবলে। শিংলেন অন্থসুং মদোমদে।

## (২৫) শিংলেন লৈপুন্নশি

মৈদিংঙু খুমোম্বা মরৈখং, যুমলক লানচান লৈ, থোংথোক ললহা লৈ, লৈভাং সেকুবেক অঙৌবা, খমকোন উরুমকোন্দা হুপনৌ খাংতপ রাইনা চাক্তাবা চেক, হুংবান নাওখোংজাম্বা চানগোন চেক, কোরৌ নোংলোন ঙানবা চেক্কী শনম তাবান লৈ, লাইজ ঈরাইদনা ওংবা লৈবু মৈদিংঙু নোইনাই খুমোম্বনা ইকোপ ফেনদৌঙৈ, শেনবি চায়না তেংগোন তরেৎ চাইখাইঙৈদা

মমোম তমফা রাঙমলোন, লময়াই কোইরেন লান্থবী, লাংগোই শায়ামফাবীনা লৈতাং কুরেক শেক অঙৌববু শিংলেন লৈপুন শা, কোংয়াং পিশিন তাংমা ককনা লাংলেন কোংয়াং রাতংলুংদা রারি লৈ, লৈতাং শেককুরেক মোক অঙৌববু মপন পম্থৌ নিংথৌ নোইনাই থুমোম্বদা থোল্লোং লৈনে। য়ুমলক লাঞ্জলৈ, কুমজেং লোনমায়থক্তা হেনমোইলৈনে। লৈতাং শেককুরেক শেক-ঙৌবা, মোংবা শুমনিং লোন্দবা, য়াওরা শুমতাউ হন্দবা লৈনে। শিংলেন লৈপুনশিনা শরা ভুখোং লৈনা শিংলেন লৈরিক চুম্বা কুমজে লোনমাই ঙান্না লৈবাং মপান ফারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (২৬) তোকপা লৈ

লমলেন মদাইমা নোংযাই লৈশাংখোং, হাওনু খুচিনপুংওনবি মবমখৈদা পানবা লৈবু লৈএ। পিংলেন মনাভাদি শাইবৈ য়েল্লে মানবা লৈনা লৈবাং তোকপা লৈনা নোংয়াই লৈশাংখোং হাওনু খুচিন পুংওনবী মবমখৈদা মনা কাইরে য়েল্লে থোংলকলে, মপান লোঙনা শাবকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (২৭) খোইজু মপান

লমলেন মদাইমদা পানবা লৈবু লৈএ। খোইতেকচা খোইবাংচা ককরা তানবন খোই, হাওবা নেন্দাংখোই, পাবি পুবিখোই, মেন্দ মেন্দাংখোই, বিম থুন্দাখোই, মৈদিংগু শেনবি মুংয়াম্বা মকান খুঙমখোই, হুয়েন চামাইগাং ফানাখোই, মরাম লান্দাখোই, চরাং ফানাখোই, খোইজু তোল্লোংবা অঙৌবদি কদোনোংগীনো হায়র-

বদি কেকে উবা থংবিহনগা হুংবান থাংতেক লৌঙাকপা লুরাং খরং খোইহুচাগা অনিমানা রাহমনখিএ। ঙাতে লৌশঙথক্তা কোংয়াং রাতারি তারি লেংবা মরাকখং হোয়দা পাইক্তা মরা-ওই চিনবান তাবিখোংনা খোল্লোন রাকপু রাকমা খৌশেন নাইদবনে, পাথৌও! কোংয়াং রাতারি, লেংবা মরাকখং অসিবু অয়ুম হুংবান ইপুংরাইদসুং তোয়রোইএ। পাথৌ নংসুং কেকে নপুংয়াইদা তোয়নগনো, পাথৌ ইবিংঙানা থাংয়ি লিহৈগাক, লোইগোম লিহৈ শঙবদা ঙাইতে লৌশঙথক্তা নোংদামদনা তোযনগে হায়না পাওমেন্ন-ববু শেল্লোই নপা তাও, কেকে উবা থংবিহন্না পাথৌ শানফোংদনা ঙাঙাই মপুংয়াইদা তোযনখিএ। অত্থনোংগী তৌরেন খাংতপ পোক, উকামথে শেন্নাইবা বাগী বাশোংনখিএ। পাথৌ রাকমা খৌশেন নাইরে, তৌরেন খাংতপ পোকলে, কেকে নপুংয়াইদা তোযনবানরিঙৈনে হায়না পাওচংলবদা শেল্লোই নপা তাও, কেকে উরা থংবিহন্না পাথৌ ঐদি কেকে ইপুংয়াইদা তোযনদে হায়না পাওখুমলবদা অত্থনিগীদি কেকে নাপল লন্না চুমশুনো, হুংবান ইপুংয়াইনা খঙস্নুনো হায়না খোইজু তোল্লোং ঈকনা, খাম্বি মৈগা খুনা রাচুমনখিএ। মৈবি তাংগোই পাই, মৈথু নোংলোন কাবনা কেকে নপুং য়াইরম হুমলবদি পাথৌ নংনা তোয়নবনে খঙলগে। হুংবান অয়ুমনাকলমদা হুন্নবদি শেল্লোই নপা তাও ঐনা তোয়নবনে হায়না খঙনসে রাহমনরবদা মৈবি তাংগোই পাই, মৈথু নোংলোন কাববু কেকে চাউবা পূংলম হামলবনিগীনা পাথৌ-ও, খোইয়ম লাইনা চুমলকলে হায়না কেকে উরা থংবিহনবু তৌরেন খাইবোক লোনা শমু তুংদা লৈনা পুল্লমএ। অত্থনোংগী দমক তৌবুল-ও

কৌএ। অঙুনোংগীবু থাংতেক খোইজু ভোল্লোংবা-ও ভৌনা কৌএ। চকমোম খাম্বি মৈগা খুনা কাসা পাওভাকখোই, খোইজু ভোল্লোংবনা লমলেন ইথোংলেন, থোংলেন তাইবি লাংথবান্দা থোংলেন মনম শিন্না খোইজু মপান ফারকলে। শিংলেন অঙুসুং মদোমদে।

## (২৮) তেরা

লমলেন কৈয়িং-কৈরাং-লৈ, হাওকুরাং লম্বুসু ময়ুমনাক নোংমোইজু শোবাতোন ময়ুমফম, কমবোং রাথংচাক, বায়াই মথংতাক অমুকোই, বনবোং অঙৌ কোইনা পানবা চুন্দা থাংঙা লাল লৈতববু লানজেন উ, কম্বোং মৈ লৈতববু মৈচেন উ, মনা শরোং তময়ান মানবা, মপান খোম্বা ইল্লুম ম্যান্বা লৈনা কম্বোং মপুংয়াইদা রারেন খারম লান্দা থাংঙা উপুনশি তেরা কংলাং মৈনা মপান চানশান খোম্বা তুরৈ চাল্লকলে। শিংলেন অঙুসুং মদোমদে।

## (২৯) রাকয়ৈ হিদোং লৈ

হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবা রাকয়ে হিতোং লৈ, লেম্বী ফিঙৌলৈ তাংদনবা, মোইকাই হাকচাশিং কোইরেন লমজাওশিংবু হুংবান লুরাংনিংথৌ পুনশিবা তাল্লোই মরুম মন্, মরুম হুফা মন ও কৌবদি কাদোনোংগীনো হুংবান হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা তালোই মরুম্বী হুংবান লুরাং লেমা, থারৈ চামোইবনা পোকপি, লেমলৈ চামৈবনা য়েনবা ইরেম তাইদল লৈমা মোইজু চহুবু হোইথিঙৈ, মদাইরেম হুংবান মান্দং খুবনা মনচংলে।

লুরাং মান্দংহনবনা মনহোল্লে। রাকয়ৈ তেংমাইথক্তা লাইজ পুরোন য়াংনাকাও কৌএ। ইরেন তাইতল লৈমা মোইহু চহুনা মতু মোইকাই হকপশিং কোইরেন লমজাওশিংবু নেমবী অরাইবদি হুংদা চল্, চরৈ ফিখুংশা মাল্লৌ অচানবদি পান্দা থোংনা লল উল্লকএ। হুংবান হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা তালোই মরুম মন্ মরুম হুফা মন্, মোইকাই হকশাশিংবু লমলেন লোল্লোই শিংমিৎথা, শিংথা খন্দোমপাক্তা শিংলিংখিএ। নেম্বা অতুনা মপান ফা, শিংলেন অনৌবা পোকহৌরক, লাংলেন অনৌবা শাংহৌরকলবদা থাবী লেংনৌখোম্বীনা চরৈ ফিঙৌ ফৌগুম লকলবদা হুংবান লুবাং নিংথৌ পুনশিবনা তালোই মরুম মন, ইরুম হুফা মন্ অসিবু লেম্বা শিংদোন পায়না মথন্না কদোবা কমলগবনো, লাংলেন মথন্না কদোবা মাল্লগবনো, লমলেন চেংলৈ লুরাংয়িদবু লোইদাম কুমশানগে হায়নখিএ। লুরাং রাংমনাউ খুৎহৈবনা রাকয়ৈ হি য়াল্লে, লাংবন কৌজেং চোংবীচানা খোইমা লাংদোন থং, লাংনা ফাওনা শম্না লাইজ ঈরাংববু লৈনা রাকয়ৈ হিদমখিএ। হোংনেম লুরাংনিংথৌ পুনশিবনা রাকয়ৈ হিদোংববু তোংচেং পকনা হোনবনিগীনা লৈকু খমথেয়াম লৈরাই চুপথৈ হকএ, নেম্বি পেংয়ৈ য়ানএ। রাকয়ৈ ইফাইচল, মেনাং ঙনবা খুৎয়ৌ ঙামজৌ হুনগুমএ, লাইজ ঈনা ঙমএ, কদোনগনো হায়না রাখনখিএ। হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা লুরাং রাংমিৎখু নৌচুম্বা রাংমনাও শিলহৈববু শাৎলবদা মপারি রাংমনাও শিলহৈবনা রাকয়ৈ হিয়ানবদা লরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক চিবা মৈশাংবনা খিকলোই তাংমা চিকনা, চিবা মৈনা হোৎনা

লাইজ ঈরানববু লৈনা ৱাকয়ে হিদানখিএ। লুরাং রাংমিৎখু নৌচুম্বা রাংমনাও শিললৈবনা রাকয়ে ফানপক লৌ, খমনৌ লেংচন থোং, তোংচেং নৌখপ লৌ, রাকয়ে শাচিরাং মরাং উকু হন্না হিয়াং নাপন থোংদ্ তাওখংলবদা তুংবান লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা রাকয়ে মখুনেত্তা লোকলৌ তুরোই থাংনা, খমলৌ য়াইশি লোন, তোংচেং মোইকাই তোক, থৌবোম মাইবোই খন্না য়াংনা শিংওম্ব্রোকপু লিকথা মোইকাই শানা নেম্বি অরাইবদি তুংদা চল. চরৈ ফি খুৎশা মা, অচানবদি পান্দা থোংনা চেংলৈ লুরাংগিদা কুম্না কুমশাগে হারখিএ। তুংবান লুরাং নিংথৌ পুনশিবনা রাখনখিএ। নহান লোইশিন লেনে। ইশাবি নুপাং পুদাংগোই খুংকোইবা পাখং শাংগাই য়াইশম হৈতবা ইন্নুম কোক্লোম্ব্রোক শাজা হৈতবগী পাখং শাংগাই লুরোই থেৎ, লাঙ্গল লেংলোই থোং. চেনা গুম নামৈ য়েপ্পা লোইরেন খুনবিবোক্তা ইমাংগে হায়বগী মরাল থৌচৎলকপদা কোরৌ চিংগুন চিল্, রাংবন মঙ্গুন মং. নোংথি ইরুম হৌ, মবাং হিগোক শানথোংগুম ও ... লাল নংলে। শক্তিং চুক পান্দাল লোমললনা চোংখি শিং রাহি কোক শাশিং নেম্বি ফিংঙৌ ফে, তাংদনবা মোইকাই হকশ। লিংনা লমলেন লোল্লোই শিংমিৎথা শিংথা খন্দামপোক্তা মনা লংফো মানবা, মপানতাদি চরৈ ফিঙৌ ফৌবগুম্বা লৈনা নেম্বি শৌতিল লোল্লে. শিংলেন মপান ফারকলে। শিংলেন অত্তুসুং মদোমদে।

## (৩০) য়ুতুং লৈ

য়াংলৌ মদাইমা মৈদিংঙু কায়নৌ ইরেংবা থোংনাং খুঙম লম, বসকল পানকনবা ফানালম, লিনথোইঙম্বী য়াংলৌ লমদাং-

শাং, কেকে মোইরাং হাওমুরা হাওতোনবা ফানালম, সনা লেম্বী নোইখংলম, য়াংলৈঙম্বী নোইখারম, লেমলৈ ঙামিংনবি, ঙারোই লাংশাফাবা ফানরম, থাংরাই নিংথৌ ক্যাম্বনা ঙাইনোং খুঙমলম সনারিক মোইরেং শিবী চীংলাই মচন কাবুখোম্বী ফানালম, মৈদিংঙু পোইবৈ খুঞ্জাওবনা তাংখুন লাইচম খুঙমলম, খাংচুম মিংনাইবা ফানালমদা য়াংলৌ লমদাং থন্না পানবা লৈবু লৈএ। য়োইময়াই তাওদনবনা মোংবা যুমমি ওল্লবদা মিবেন চেপ্না লৈ, খুৎপি হুমলৈ চোইববদা শিংলেন মথন্না মপান ফা, লৈবাং মথন্না মনা রেকপা লৈনে। শিংলেন মনাতাদি তবেৎ শেনগোই মাংবা, মপান সনা লৈখাম মানবা শিংলেন য়ুতুং লৈনা য়াংলৌ লমদাং ঙান্না লৈবাং মপান ফারকলে। শিংলেন অতুম্নুং মদোমদে।

## (৩১) লম্বান হিথা চৈ

মৈদিংঙু পোইবৈ নিংথৌহনবনা পোইবৈ লাম্দা লৈ, চৈত্রি তাংদনবা লম্বানহি, অয়াং কোবি মনাও নোংবান লকস্নুম পাম্বা, পাইমা লিন্না ঙানবা, পাঙ্গনবা লাকঙম ফাবা, শয়েং পানমা চাওবা পাথৌ লাম্বোই চৈ, চৈত্রি তাংদনবা লম্বাল হিথা চৈনা মনা লুপা পাদাং মানবনা মপান চরৈ ফিরান শারকলে। শিংলেন অতুম্নুং মদোমদে।

## (৩২) খিকলোই

লৌরাই য়ুপুংকোই য়ুনাবেক চিবা মৈশাংবনা ফকলাং থেঙ্গোই-বনা য়ারেন খোংজি চিক্না রাকয়ৈ হিদমচৈ, চিবা মৈনা হোৎনা লাইজ ঈরান চৈ, খিকলোই তাংচাউবনা মপান চরৈ ফিরান শারকলে। শিংলেন অতুম্নুং মদোমদে।

## (৩৩) উয়ুম লৈ

নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন শময়োক ফবা চিবা য়োংতাল লৈ, পামেল উয়ুম লৈ নারেংবনা মালং য়েৎত্রৈ লৈনা হুমলবদি শিংলেন শংনা ওনবা, খমগোন ওইত্রৈ লাংনা হুমলবদি ঙাংনা ওনবা, মপান ঙাইরোং লুফা মানবা লেমলৈ ঙানা নিকপা লৈনা চেংলৈ লুরাংয়ি তাক্লা লৈরোংয়ি, থাওখুবা খুদময়ি, থাওহনবা খাইদময়ি, কোরৌ মচি শোইশেনয়ি, রাংবন মনাও ঙাইরেংরাই, মমোম লাইরেন লাইবাও তাওবী, লাইকরি লাইস্নুম থানবী, থিকলেন খোমুমুক হাংবী মপারি কম্বোং ঙাথিবা ইনফুই তোন্না লং, ইনলেন থাকুপ হৌবনা থংকরি ইরানববু লাক্তরে হায়না প্রেম থাককননা হুংলোনখোং চেংলৈ লুরাংয়িদা পানবা লৈ, পামেল উয়ুম লৈ নারেংববু ইরেম তোইবি লৈমা লুবাং খুবা চন্থু লুরাং শেলহোংবা পামংহৈবনা য়েনবিবু মপাম লুরাং লাই, খোইমা লাইয়েক লাইপাওশা, মোমন্থু খুজিল শোঞ্জিল লাই, চরৈ ইরাং তুবোল লাইবু লাইকাঙৈদা লমলেন চেংলৈ লুরাংয়িদা পামেল উয়ুম লৈনা লেংববু থৌহু হুং ওইনা শান্দেংলবদা মপাম লুরাং লাই শবৌশাবু লাইকোকলে। অহু নোংগীবু ইরেম তোইবি লৈমা পামেল উয়ুম লৈ-ও তোনা কৌএ। পামেল উয়ুম লৈ নারেংবনা চেংলৈ লুরাংয়িদা শিংলেন মনা লেক, লৈরাং মঙান নাইরকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৩৪) লৈ মহি

লমলেন মদাইমা হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম, ঙাঙোই য়োইমোংবনা মোংবা হিয়াং য়ানঙৈ, ঔরি লিয়াই নোপ্পদা য়োই

ময়াই তাওদনবনা মতাং তেল্লবগী হয়েং কৌবা চিংফুং শোই, শবা তৈনা ওল্লবদা অনৌবা হন্না ঔবি লিযাই নোপহৌসে ইন্দাল্লকপবু রাকয়ে মথুনেৎতি থৌদু ফুংবু ওনঙমলে, অদু নোংগীবু মোংবা হিযাং লম-ও তৌনা কৌএ। থোংনাং মোংবা হিযাংলমদা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন মনাতাদি কাওসনা মানবা, লৈবাং মপানতাদি থবো লৈবিক মানবা ঙাংনা ফবা লৈ, শিংলেন লৈ মহিনা মপান ঙাংনা শাবকলে, লোকলেন মঙান নাইবকলে। শিংলেন অদুসুং মদোমদে।

## (৩৫) শিংলেন লৈপুনশি

শিংলেন লৈপুনশি লৈবাং মচু থৌদবা, শিংলেন মনাক চ • নবা, মোংবা সুমমিৎ লোন্দবা, য়াওরা সুমতাও হান্দবা লৈবু লৈএ। হয়িচকঙে যোইমযাই তাওদনবা, তাওবাইনাই ফাংনবা, পলেম মমা থাওবী লৈমচা কোবৌ নোংবু খোনবী, মালেম লৈবু লুম্বীনা কেবৌ ফুমিৎমদা মপাবি মঙা শাৎলি হাযএ। মপাবি হান্না শাৎপদি মালেম লৈদা বুন্না লৈশৌ খোইমিৎ ওইখিএ। লোই-মোম ফৌওইবাগী হৈনা মতুং ইন্না থাংযি মোবসি লোইমোম মাংদবীবু শানওনখিএ। মপাবি অমদি কাইবৈ সেকমগুম পোমগংনবে। মপাবি অমদি কোবৌ নোংদা কানা কোবৌ চুমিথাং রাংবন ফুমিৎ থাঙবু শানওনখিএ। যাবৌশা শঙাই লাম্বি শাগী য়াওবৌ মতুং ইন্, শঙাই মমৈ রাইনা য়াওবৌ অহিং মিৎপু ওইখিএ। মপারি তাওহুইরেং অহনবদি খ্বাই নোংজেনবম পিবা য়েকমা হাওদংলা, নমু পোংবা বাচা অতনবনা লাংলেন কোযাং রা শাবি হঙোই তৌকাপলি, নাওরা খাইজু তেল, কাশন য়োংকাপ তেন্না

চৈবিরে। মরিং খুনবিবোক্তা লুতুরে। মপারি য়োইময়াই তাওদনবা তাওরোইনাই অঙানবদি মালেম চিথেক মশিমা, মাইগৈ নিপান, শুংদাই তরাতরুকমক্তা শানফোং ময়াই খায়না কংলৈ পুন্না ছান্না মৈদিংঙু নোইনাই খুমোম্বা রাবচিং লৌতায়িন, খাল্লে লৌকোই য়িনগুম্না লুরাই কোইরেনথক্তা থবি লেংনা ছান্না মৈনে হায়দববা ? হে লিকলাই-ও, মপাবি অদোন অমদি হুমিৎ মনাও কাইতেঙম্বা কৌএ। মমা থংবী লৈমচা কাইতেঙম্বদি মানা হুবমন হামনবা যাংমন বনমনবল দমক থোংনাং য়োংলু বাঙজে শবারুদা চঙনা নোংহামলে। কাইতেঙম্বগী যাবন খোংজি তোন্না লিরোন বংযা মানববু শানওনখিএ। থিকলেন মথা হুংনা মোইবুং ছানোই মানববু ওনখিএ। নাকলু মোইফাতোন্না য় যাং মচি নাইবব ওংখিএ। তাংজা মশম তোন্না ওনখি-লৈ, লাংশম তোন্না বা চ পুং চেংঙা খুল্লাল্লে, কাংবা লাংদোন খুমেল, সম্বু খাংবা পুরুমল, য়োইবু রাকচিংলৈমা মংশাম্বা খাল্ল লৌবোইলৈ, মতু নিংথৌ অঙৌবা নিংথৌ তোবানা থোংলেন নিংথৌ কোনশবা লমদা লাঙ্গোই শেঙ্গোই নাকথং তাইখোমলৈ, শবা চুনবুললৈ, মমোম হুংবাললোন খম্বা ফাবা খোকলাং তোনবুং লবু রাংলৈ অয়াকপা, হাওদৈ অগুম্বনা য়ারেন খোংফাং থম্না শাহেরবগা শিংলেন মশীং থিঙমদা, লৈরাং মপুম পাঙমদবা লৈনে। থৌবী লৈমচা কাইতেঙম্বা তাংজা মশম তোন্না ওনখিলৈ, কাওরেন যণ রান্নবা ময়ুম নাইশিনবা লৈ, শিংলেন লৈপুনশিনে। শিংলেন অহুম্নুং মদোমদে।

## (৩৬) নমকু পাশা লৈ

হাওবৈ নোংচুপল্লা পাংববম থোংনাং হিপুশিংদা পানবা লৈবু লৈএ । থোংনাং হিবু চীং-ও কৌবদি কদোনোংগীনো হাযববদি নহান নোং হয়িচকউৈদা থোংনাং কংদা, পাইজ লোনাইদবনা রাকযৈ হিযানবদা তোংজেং নৌখপলৌ, খমনৌ ঙাবেন চাংখোং রাকয়ৈ শজি চাং মবাং উকু হন হিয়াং নাপম্বোংবু তৌজ হৈতবগী উনৌ খোংজা শন্না, হিবি নাবেং লোন্না, ওইবি লিযাই নোপচা হৈতবগী বাকযৈ মখুনেৎপু শমু লেংদা থোংলকএ । অদু নোংগীবু থোংনাং হিপুচীং-ও কৌববু পোইবৈতা ফাথিবনা থোংনাং খেবু চীং-ও তৌনা কৌএ । থোংনাং খেবু চীংদা পানবা লেবু লৈএ । থোংনাং নমকু পাশা লৈ ও কে বদি কদোনোংগীনো হাব-রবদি লোইবি অখুই খুল্লানবনা থোংনাং লমকু কৌবদা মম্থৌ মপা পোকপমাবনা ঙাবা কুমনা লান্নৈএ । নোইন্তু কুমযেন পাশা-নৈএ । অদু নোংগীবু থোংনাং নমকু পাশা লৈ-ও তৌনা কৌএ । নমকু পাশা লৈনা থোংনাং খেবু চীংদা শিংলেন মনম চাওববলে, লৈরাং লৈবক চুমলকলে । শিংলেন অদুসুং মদোমদে ।

## (৩৭) উথৌ লৈ

লমলেন মদাইমা লাল্লোই য়িয়ৈবি তম্মু চীংনুং লাইমাকোন তাংখুল লৈহৌপোক্তা পানদা লৈবু লৈএ । পামেল উথৌলৈ, শিংলেন মনাতাদি লাংলেন কোংয়াং রানা মানবা, লৈবাং মপানতাদি পাৎয়াই থবো মানবা লৈনা শিংলেন ময়াই কারকলে, লৈরাং মপান ফানা চীংশাং নাপোম ঙাল্লকলে । শিংলেন মদোমদে ।

## (৩৮) লৈখম লোংজুমপান

মৈদিংঙু নোইনাই থৌরাম্থাবনা মরোং শিমি কোক, শিলকাই কাইবুরম থংজী নারেংপোক্তা পামেল উফে ঙান্না মতোম ওংবা লৈ, শিংলেন মঙাইরোইনা শাৎমন্নদবা, লৈবাং মহিশাংগা পোমমন্নদবা, লোইদাম ইঙাচাবী থাদা মদোম কোন্না পানবা লৈ, লৈরাং মদোম খন্না ওংবা লৈ, লৈখম লোংজুমপান্না থোংথোক ঙাপু লমদা শিংলেন মপান ফানা লৈরাং ময়াই কাবকলে। শিংলেন অতুস্তুং মদোমদে ।

## (৩৯) শাস্তেং লৈ

লমলেন ফেস্যাকলেন ইখাংরাং তাকয়েন হুংথিনয়ৈ লাইজ ঈপাকথক্তা ওংবা লৈ, খোইমোম চিনফু লম্মাবী, তাম্থোং চনম্বা চনু থোংনাং ময়াংহম্বা তেকবাচা ফাবা শাস্তেং লৈ, শিংলেন মনাতাদি লোইমোম ফেনা মানবা, লৈরাং মপানতাদি সনা চিবোং মানবা লৈ, বোবো হুমিৎ চুপ্পা মালেম মন' লোইনা শিংলেন কোক্তা থেৎলবস্তুং লৈরাং লোয়দবা লৈনা লাইজ ঈপাকথক্তা লৈকন তোংশাং নাইবকলে। শিংলেন অতুস্তুং মদোমদে।

## (৪০) লেমথোং অয়াং লৈ

অয়াংচা লাল্লোই লেমথোং পাখংবা তিংখং মকুলৈ। য়োইরেন আতে লোখাম্বনা মমা পিতিংকোই লাম্বীচা পামেন উরিংকোন নিংথৌ শাপাইবা তল্লা উয়োকবোনগী শিংলেন মরি থি, লৈরাং মপান থৎনা লাংলকপা লৈ। শিংলেন মনাতাদি চোইনৌ সনা লুপা মানবা, লৈরাং মরি চৎপা লৈনা লাংলেন কোংয়াং রাখোং য়েৎনা পামেন উফে লাম্না হেনৌ লৈনে, লমথোং অয়াং

লৈনা শিংলেন মতা লান্না লৈবাং [illegible] ফাবকলে। শিংলেন অতুম্বুং মদামদে।

## (৪১) উরিরৈ

খোইমোম লাইফিংথে খমলংনা যাংলৈ খম্বা মসাং [illegible] ফাবা, যাংলৈ মশুমাং খময়েং ঙাদে খোং উরিরোক খোংশাফাম পানবা লৈ, [illegible] ইবা উরি [illegible] ল, [illegible] ম লেকমচা [illegible] লৈতিং চানা খোংকানবা, [illegible] লৈ থরিথান্না খোনানৌবা শমলাং তাবুন চিন. [illegible] নাইখাম্বা, লেকমচা আ[illegible], [illegible] লৈবান লোইশিংনা লৈবাং কেপ্পুন [illegible]। শিংলেন লৈতোন থংনা লাংলকপা লৈ, তরম লৌকমচনা না[illegible]ঙান খুংশু [illegible]তম পায়, কাওরেন শন্দুং [illegible], মানবি [illegible] বাই, বাওবেন মি[illegible] লাওনা খা[illegible] ঙমফং তানকদা হেনমোই[illegible], তরম লৌকমচানা থাল্লে ঙমফলে, শাইবা উরি[illegible]রেনা মপান ঙাংনা শানা শিংলেন মংম চাওরকলে। লৈবাং অতুম্বুং মদোমদে।

## (৪২) চীংহাও লমমাং লৈ

শিংলেন মহিশাংবু লৈবাং মঙাইবোইবু লাইবেন ইবাকমনা হয়া লাওনা তেংথারকে। লমলেন মদাইমা অবাং কৌবা লৌচিং কোন চীংগোন কোল্লাং মৈ, হয়ু বাবা থেন হৈনা যাংলুখমদা পানবা লৈ, পামেন উতোম্বক্তা শিংলেন মতোম ঙানবা লৈনে, চীংহাও লমমাং লৈনা চীংগোন লোকশা মঙান নাইনা শিংলেন মপান ফা, লৈবাং মযাই কাবকলে। শিংলেন অতুম্বুং মদোমদে।

## (৪৩) উচান মৈরা লৈ

মৈদিংঙু থাংরাই মুংয়াম্বনা অনান মপুংয়াই, মরৈপুং খুদোন চীং, লোইবি থাগুপ মপুংয়াংদা অনান থুম্বি মৈমাংচন্না পম্থেংনোংদা হেমচেং চকপয়ি, খোইমোম চংলাইকোন, হেম্বা রাংদোন চীংদগী শিংলেন মপান ফুক্‌, মালেম লেগা য়োন্না উল্লকপা লৈ, কোবা লৌচীংকোন, চীংবোন কোল্লাং মৈ হয়ু কাবা থেন্দা শিংলেন লৈ থাখিএ। কাচেং য়োংথুন চং, হেম্বা লাংখোং তৌনা নাওয়োক লৈনে। শিংলেন মনাতাদি শরা চুম্বুন মানবা লৈ, লৈরাং মপানংদি কোংয়াং লৈরা মানবা তাংনা নিকপা লৈ। মৈদিংঙু শেনবি মুংয়াম্বনা চরৈ ফিশিংনৈদা মশানৌ নোংচুপ লাল্লুম ঙমবানা শুনা হাওরৈ খাং, লংলা মরম থি, নাম্বা তেমজিন লোন্না, হৈকোই শিংজা য়েক, লাইয়েং শিংমি য়েকপা চরৈ ফিশিংনৈদা চরৈ ফিদোল লেমদা, ইয়োং লাইজি ককতবদি য়োইময়াই তাওদনবনা মতাং তেল্লবনা হানখিরে। ইতুং শোই লাইমবদা মিংয়েং নাও-শুনদা, খোমলেন তুমগন্দনা নোংয়াই উচান মৈরা থান্না চরৈ ফিদোল লোম. ইয়োং লাইজি ককনখিএ। অতু নোংগীবু মৈদিংঙু শেনবি মুংয়াম্বা মরৈখং লাল্লুমঙমবা উচান মৈরা লৈ-ও তৌনা কৌএ। লোইবি চারা লেংনা পামেন মৈশস্তাং উচান মৈরা লৈনা কোবা লৌচীংকোন্দা শিংলেন মপান ফারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (৪৪) ক্বাকলৈ

কবুই মুংলাংচা লোইবি চরালোই অথৌবনা থোংনাং নাতিনা ময়াং ঙমওন্ননা হুয়েল লান্দা নোংদা পোনবি ওস্থোকপা চেকলা

শোংনাউদবা ময়াং ক্বাক চেকপু নাওরা কোংগোই লাংদা হৈরবএ। মৈদিংঙু কোরৌ নোংথিন চাইবা হুয়েন লানকু ফাবনা শিংলেন লৈপুন শা, লাল্লু খুত্তা পায়না কংলা পাওদম লৈনে। কবুই হুমলাংচা থোংনা ময়াং ক্বাকরাম অথৌবা ফানা লৈ। মৈদিংঙু কায়নৌ চলাম্বনা শিংলেন অত্তুবু লৈরাং চুন্না পুনা তাংজা কোক্তা চিন্, লৈবাং কোক্তা থৎনা ইন্নুং শোইয়াইমদা হুংগৈ লান্দালৈ, হুযেন লান্নিগীদি লোইবি হুংগৈ মনিংথৌ তরেৎ শেনফাং য়ৈনা ইন্নুং শোইয়াইমদা চকমোম খাম্বা মৈগা লিংনা হেম্বা পনগা লাওনা হুয়েন লিংবা অথৌবা ফানা লৈনে। কৌবা চিংলেন নোংগা ঙান্দরিঙৈদা হুয়েন লানশোক লৈ, থোংনাং ময়াং ক্বাকলৈ মোংবা শুমমিৎ লোন্দবা য়াওরা শুমতাও হন্দবা শিংলেন লৈপুনশিনে। লৈবাং অত্তুসুং মদোমদে।

## (৪৫) শাবন লৈরি লৈকোংয়াং

কেকে মোইরাং অথা কোংয়াম্বা মরৈখং শাবন লৈরি লৈকোংয়াং অয়াংবনা মৈদিংঙু নোংপোক স্না হোংবা নোংচুপ কোংয়াম্বনা চীংখোং লান্দালৈনে। ময়াং লানচাইলৈ থোংনাং খুনঙমলৈ, হুয়েন লানবু থাবা তাওবা ফানা লৈনে। মনা য়াংলৈ তাওবা হুইরৈ মানবা, মথেক চারাই চংফেন মানবা, মপান চকপা হাওরা লৈগুম্বা, লোইঙাং খোইজু নিকপা শাবন লৈকোংয়াংনা য়াংবি লমশংথক্তা রায়রা নান্দা হুইগুন্না লৈরাং মপান ফাঙম্ববু মৈদিংঙু নোংচুপ রায়রা কোংয়াম্বনা লাঙ্গোই শয়াংথক্তা শমু খুৎনা ফং, শিংলেন লুদা থেংনা হেনমোইলৈ, মৈদিংঙু নোংচুপ কোংয়াম্বা মরৈখং শাবন লৈরি লৈকোং য়াংনা সুংবান য়িংঙেন

চীং, ইঙেন চাখুন লোক্তা শাবন নানবা মনম শিনা চকপা হাওনান তাহুইগুম কোংয়াং রাতোন কোনগুম মপাল লোইঙাং থৌচু নিকনা শিংলেন লমহাই নাইরকলে। লৈরাং অত্তুসুং মদোমদে।

## (৪৬) চীংশোং ব্রারোক লৈ

হুংবান চাহুই লৈরোং পানবা চীংশোং মপুংয়াই, লৈহাও মশাইকোন্দা মাল্লোই ফাম্থৌলৈ, চীংশোং ব্রারোক লৈনে। শিংলেন মনাতাদি তরেৎ শেনগোই মানবা, লৈরাং মপানতাদি পানবা মৈরৈ মানবা লৈনা অরাং লোকলেন রাইখুরোক হুংবান কুচাং-খোংদা মপান ঙাংনা শারকলে। কোরৌ কৈয়া শাবন য়াইথোং লোল্লকলে। শিংলেন অত্তুসুং মদোমদে।

## (৪৭) লৈশং তোল্লোংবা (১)

লমলেন কৌবা য়িমরু চিংবন পলরাইরু অকোং খাংচিরাকপম নিঙোনবী কৌবা লাংলোইঙম্বী হুয়েননিগ্নী ফাবী লম লোইতাই লোইযম্বা লমথোনপান লৈ মানবা, মপান কোয়ি চুমবুন মানবা লৈ, লুরাং শিমারিং নোংগা পাম্বীবু মথংলেন লুরাং শিমরিং নোংগা পাম্বনা নোমহু তাংজা মশমতোনবু পামেল উকারক্তা য়েপলম্বা অত্তুনা কৌবা চীংলৈশং লৈশং তোল্লোংববু শালওনখিএ। শিংলেন অত্তুসুং মদোমদে।

## (৪৮) লৈশং তোল্লোংবা (২)

হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরমদি কবুই মাম্বক মচন হাওহু লম-শংহু শাফবীনা তরা চারানবদা আমহুং লাইকোন তাংখুন লৈহৌ-পোক্লা লাইজ মথি নাইঙমএ। ইমু মরাংহৌ, মেল্লাং তনবা খুয়ৌ

ঙামজৌ হুন্না হুংবি ফৈদোই চোংবব্ লানঙমদবে। তরা চাদংদনা নোংমনবি অহুগী মোমনু তংজা মশম তোন্না ওইথিলৈ লৈশং তোল্লোংববু মৈদিংঙু উবা কোম্থৌবনা লৈয়ু য়ুতংঙৈদা লাংচং থেনকারুঙৈদা কুমজিং লোমনিংথক্তা হেনমোই লৈনে। মৈদিংঙু পনম হুমিৎ থেককুম চুনবনা লাংলকপা লৈনে। কৌবা চিং-লৈশং, লৈশং তোল্লোংবনা কুমচিং লোম্নিংথক্তা শিংলেন শংনা ফাবকলে। লৈরাং তহুসুং মদোমদে।

## (৪৯) শিংলেন লৈপুনশি (২)

কৌবা মদাইমা চাবিক মপান্থা, নোংথৈ মউ লিংবা, লিবলাই উজাও হৌবা, কৌব চিংলেন পল্লংলা, খোইমোম লাইপুংথান অরাংবা, হাথা নাওনৌ লাংনে। পানন রাংচুনন হুন্ন উতান-থক্তা রামবি নান্দবা পাল্লোইলাং শিমন্দিবা নান্দবদি থোং-থিংননা লুরাং শিমবিং নোংগা পান্ববু মথংলেন লুরাং শিংজা লুমলেন হনবনা থমন্ চেংমনবগী কৌবা লোকস্থং চংনা উচেক লাংমৈ ওইনা শালওনখিএ। চেকলা মথংলেন্দি লাজং পাখংদা-ও তৌনা কৌএ। পোনবি মরুম্বাদি শৌরা শোকতোংলু-ও কৌএ। পোনবি মরুম্বী শৌরা শোকতোংলুনা হৈলাং মচা য়ান, তাওজিং তুগুম্না মরু পল্, য়াওরা মশিং শু, চকমোম খাংলোম্ননা লোইদাম থাবু ফারবদা মথংলেন লাংজেং পাখংদা রাহমখিএ। কেলা ইশাবি-ও, নকম ঐদি ইপাথি নাওপেংগে হায়রকলে। লোকলৌ কাইগুম ফররোই, থংলেন নংসুং কৌবা ঈরোক লাইচম লান-দিগনো, চীংশাং নাপোম কোয়বিগনো, লাংবন কৌজেং চোংবিচা খোইমা লাংদোনথক্তা নাওহিবশা, কাওরেন যণশি শাবু শাশঙ-

বিগনো, পানা য়েনশোইবিগনো, কোনচা য়েনবিগনো, নপারি অমুযেকপু একশোইরগনে, নমোম অঙৌএকপু মাঙলগনে। য়েক্তাহৈবা এন, কবাং তেম্দাহৈবা পিশিল্লাংবু কোল্লগনে। লাংমৈ য়োইবাংমৈ য়াইতা হান্দা লাংজেংতোন্দা লাংদবগনে। লোকলৌ শানা কোল্লা শরা চিনগোয় চন্না পোনবি খোনতিন্ননা রাহমখিএ। মথংলেন লাংজেং পাখংবন। শংলৌ এনমাংদনা মরিং কোন্দ শল্লাং মাইবা মংজুথা নাঙকল্লাং, শিমরিং নান্দবা থোংথিংলাবু লাংমৈয়াইভাহনবা, লাংজং তোনগা লাংফাবা, মৈবা চেংদা কাফবা, শমন খোচুফবা শিংলন লৈপুনশিনে। মযুম কেকনা হেংথানবদি লাংমৈবুদি তোমশন-ও কৌএ। তোমশন লনতা লৈনে। মযুম নোংয়াই খুমননদি খোইনৌ চেপথেৎ লৈ-ও কৌএ। মৈদিংঙু উবা কোম্হৈবা হৈয়ু য়ুত্তংলে, লাংচেং থেনগালে, মৈদিংঙু হোনেম যোইখুঙ্গাও নোংচুপ মঙাংঙম্বনা রাকয়ে পৌদা নোংখামপোক অহেবা চুশালাংনে, পাংম্বা নোংপোক মরৈখং, তাংখুল লাইচুং খুংঙমলাং, হুমিৎ থারা ফানালে, মৈদিঙু কায়নে চলাম্ন। চাশোং খুনঙমলে, অরোল্লাং ফানালে, মৈদিঙু থাংরাই নিংথৌ মুংযাম্বা খোইমোম লাংমৈচিংগী শেনবি নিংথৌ চামা ফাবা লাখাই খুঙমলৈ, মোইজিং নিংথৈ অকন লাইগাই ফানা লৈনে। মৈদিংঙু সনা হিহোনহনবা থোংনাং ময়াংঙম্বনা তাখোং শানাবা ফানা লৈ, মনিং খুনবিবোক্কী অমশাং লৈমচা অথিন লাম্থোয়াং ফানা লৈনে। থংদা খোইনাই শেলহোংবমশূ মৈদিংঙু পোইবৈ খুঙ্গাঙবা মরৈখং, চাখা ইতোক খুনঙমলৈ, মৈদিংঙু পোইবৈ খুমোম্বনা হুয়েল লাকয়া ফাবা

মরৈখং, ময়োন খুনঙমলাং, কোন্দে খুবাং ফানালাংনে। মৈদিংঙ, তুবি চরাইরোংবা শেনবি তাইচংলেনগী হুয়েল লাল্লোই থাফবা মরৈখং, মোংবি তুচোং খুনঙমলে, কোংবু লানচাই নোংহিক ফানা লৈ, লাংজেং লাংবা ফাবা, খোয়মা তোন্না লাংবা, সনা য়েকমা লৈবা লাংনে। লুবাং শিমরিং নোঙ্গা পাম্বীনা কৌবা লোকন্থং চংনা শালওল লৈনে। শিংলেন লৈপুনশি মোংবা শুমমিৎ লোন্দবা, য়াওরা শুমতাও হান্দবা, লৈবাং খুং মোংচদবা লৈনে। লৈবাং অতুনা শরাং ওকয়া থোকলে, চেকলা মৈপুং ফারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (৫০) চিংবন খোমমোন অঙল্লা

হাওরৈ লাইনা পাংবরম খোইয়ম লাইথিংথৌ চিংজেং নাবন পাঙ্গনবনা চিংবন পনশারম, অকোং খাংজরাকপী নিঙোনবা কৌবা লাংকোইঙম্বী হুয়েন লানকাবা ফাবা লমলোই তাই চিংবন পল্লাংলুদা পানবা লৈ, চিংবন খোমমোন অঙল্লা, শিংলেন মনাতাদি কাইরৈ য়েনখোং মানবা লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (৫১) য়াইশং লি

লমলেন মদাইমা হাওরৈ লাইনা পাংবরম হেম্বা তবাওচীং শাখুন মপুংয়াইদা পানবা লৈ, হাওরা মুযুম য়াইশং লি, মনা তাওবা হুইরৈ মানবা, মপান পুথাপ লমশং মানবা, মরি মালেম লৈচৎপা, উয়ুম য়াইশং লি নমু লোইদাম্বনা রানা কাদংলোই, থিংক্রুক য়াংক্রুকলোই, মরাম খঙবু লোইবু লোইচল্লি। হাওরা

ময়ুম য়াইশংলিনা ময়ুম খোইবা কাশানা লোইচল লিনা ময়ুম শল্লাক শারকলে। শিংলেন অত্নসুং মদোমদে।

## (৫২) চোমলাং কাওবি লৈনুংশি

অঙৌবা হিথাবস্নং সনা খাংলা মরৈখং অয়াংবা নমগনথক্তা পানবা লৈ, থিগৎপা লাইফা চীং মখেক রাপৈথেন মরাম্বি নুংশি চাংদা পানবা লৈ, থিংবাচা খোংহকপা, মরামচা খোংলাইবা লোইদাম মনুং ওইববদা চরৈ থাকন্নলা পামেন উয়োননুংগী লাংলকপা লৈ, চোমলাং কাওবি লৈনুংশি পামেম উযোন লৈ অত্নবু মোমন্নু লিনস্নু থাং, খুজিন পানফোই থাংনা থাংমৈ কুপ্পা হু, চোমলাং মাইভাই থি, চকপা হাওরা কোক, চাঙান তোংদানবনা লৈবাং কাইভোই চল, চোমলাং মকোইলেন তিন্দু লাইফম তাও, চুপলেন নাপা ঙান্না হেনমোইলৈ, শিংলেন লৈপুনশিনা লৈবাং মপান ফান্দকলে। শিংলেন অত্নসুং মদোমদে।

## (৫৩) হাও ওংশিনাই লৈ

অরাং নহা লৈপাম্বা, লোইযুম নহা শিংগাংশুম্বা উশোক লাম্দানথৌবনা উশোক লোইতান্নঙৈদা নুংবি খুনান্না থৌত্নু খুশৌননা নোংমল্লে। কোইবেং লোইবি উশোক চেকয়াম লৈ, থৌত্নু নুংমাই খুন্না পানবা লৈ, পামেন উরুপক্তা ওংবা লৈ, হাও ওংশিনাই লৈ, শিংলেন লৈপুন শানা কংলা পাওদম লৈনে। শিংলেন অত্নসুং মদোমদে।

## (৫৪) খোংগমমেলৈ

লমলেন মদাইমা হাওরৈ লাইনা পাংবরম মকু অপি থৈচেপ মপুংয়াইদা থাপ্পা মশাইকোন্দা পানবা লৈ, হাওরা

লাঙ্গাই চরৈ কামান ফিখাম্বা, শিংলেন য়াইপন য়াইচনবনা মকু থাপ লাইয়েংঙৈদা কুরাও পন্দাই শংনা শাইবা পনশিংপদা শিংলেন কোক্তা চিনববু মালেম লৈদা তাহৌরে, মকু মনিন নাইবনা চেংলৌ মিংথিংলবগী লুরক কাংদৈ থি, খৌনাও লোনথোং লেল্লে। তাংজা লুরেনতোন্দি মালেম লৈদা তারে। শমু মরেংতোনদি কোরৌ নোংগাখিবে। য়াওব্রা খুববু শানওনখিবে মহি ঙাংনা পামেল উদা পকলোবনা লৈশোক খোংগম ওইখিএ। মালেম লৈদা তারৌবনা হাওরৈ ফোল্লাংখোই, চরৈ শানফি খম্বনা ওইখিবা লৈনা খোংগম মনা লেক্, ফোল্লাং মপান ঙাংনা শারে। শিংলেন অহুস্নুং মদোমদে।

## (৫৫) তুরেল লৈরাই মুংবিথক্তা পান-বা লৈ

হে লিক্লাই-ও, ইবুংথৌ নোংথোরেন পুমাবা-ও, হাওরৈ লাইনা পাংবরম নোংনেম ইরাং মরমগীবু শিংলেন মফম থিনা লৈথিরক্কে। লমলেন শেরৌ হংবা কোন, স্নুংলেপ পোংমাল্লৌ, য়াম্বি স্নুংদোংরাইদা তুরেল লৈরাই মুংবিথক্তা পানবা লৈ, লৈরাং মনাতাদি মকোং লৈত্রেং মানবনা লমলেন শেরৌ হংবা কোন্দা মপান চোইনৌ সন্না লৈত্রেং মাল্লকলে। শিংলেন অহুস্নুং মদোমদে।

## (৫৬) শাংদিং ইয়োং লৈ

লমলেন চেপ্পি রায়খোং চুমবুং লম্মহন হামেং খেনজিচীং, তুমিন লমনামুং মহা ইমরু তরাও লৌচিংফৈদা পানবা লৈবু লৈএ। অসাইঙৈগী চেপ্পি রায়খোং কৌবদি কেকে উতোয়জম নিঙোনবীগী

মশল লাংঙুর্বীরে মদাইরেম নোংবাননা পুনা কাওরেন তুংইলকপদা ময়ুম কেকে মোইবাংনা যাম্নিবুদি য়ারা-ও কৌএ। চেকলা য়াম্নি রায়ানা ফিঙাং কিশিননা মথা মোইকাই তোপ্পা খোয়মা লাংদোন-থক্তা চেকলা মৈনা ওন্না খোংখৈহৎমএ। অদু নোংগীবু লমলেন চেপপি বায়াখোং ও তৌনা কৌএ। চেপপি খোংমরক্তি নোংয়াই তোংবু রাইন্থু চাগা কেকে মোইবাং খোইরি তোঙ্গাওস্থুগা অনি-মানা চাযনা খোংফন্ংদা শেল্লোই মপাতাও অনিগী মাগী টিমেন মখুৎওব শোইবেন যুম্নি তু, ককলু হুমাইথক্তা লেংনা, শেল্লোই মপাতাও অনিমাদি মদোন তংবা মিথনখাইনিগীনা শমু থুৎনা ফংনা লাকনবে। কেকে মোইবাং খোইবি তোঙ্গাওস্থুবু মদাইরেম মেরি লল শিংবনা যাম্না খোইবি তোঙ্গাওস্থু-ও, অসাইৎতেগী হায়না রাবু বাওগনো, চৈবফিকুন্থুংগী অচানবর নিনগনো, শমু মাইয়োক লেপ্লে চংলে মিংনা য়েং, শমু থুৎনা থিন্না পাওতাকখিএ। নোংয়াই তোংব রাইন্থু চাবু মশা মহক ফংনা য়াবেন খোংজি তোন্না চিকখাইরে। অদু নোংগীবু লমলেন পোপ শাইচাং চিকপি লম্থুংনা মবম তোংদোই লমন্থুংশি-ও তৌনা কৌএ। কেকে খোইবি তোঙ্গাওস্থু মবোই লমচিং অথেবদি থৌতিকরাই, নোং-যাই তেংদু রাইন্থু চাগী মবোই মাক্তিং হাওমিয়া চাদি পিরেম থকমাদন মুংশি চাং-ও তৌনা কৌএ। অদুসুং মদোমদ। মহা ইমরু কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদি খয়োইরোন তাওথোং কাইবি চঙু লিক্লা পিশিনখোম্বী শুরা লা মান্তাম্বাগী মমান মচা চকপা মহা-লেংববু হুল্লাল নোংদা চকপ। মহালেংবনা খয়োইরোন তাও-থোংলেংবীবু ইন্দানবদা চকপ মহালেংবা থুবল্ হংমা তোম্বা

পামং শঙ্গাই য়াইনম শোয়দা শমু পাংশোই নিকপনা কোংয়াং রাতারি তাবি লেংবা মরাক খঙ, হোতা পাইজা মরা ওই, চিনবান তারি খোংবনা মনেম মচাবু হানা হানা তাল্লকএ হায়বগী মহা-ও কোএ। চক্পা মহালেংবদি মমান মচা তাওথোং কাইবি চম্নবু তাল্লকপদা মনেম মচানা লাইজ ঈদা চুপ লাওনা চোংথ-খিরে। অদু নোংগীবু চুমবং লমনুংশি-ও তৌনা কোএ। ময়ুম লোইবি মরেমনা হামেংবু খেনও কোএ। থুমবুদি মচি-ও কোএ। হামেং খেন্না থুম মচিবু চারে হায়বগী হামেং খেনচি চীং-ও তৌনা কোএ। চীংখোং পোইরৈতোন খুনবি পোংমহন্না লোইবি শিদবা হেম্বা নাদববু খুম্থিবকপদা হৈকোই নিংথম চল্, চুবা ঙাইফা নিকলবগী মখুকলুগা মখদাংগা নমঙাননা তবাও তয়াও খাংলমএ। অদু নোংগীবু লোইবি হাও তরাও চিংফৈ-ও তৌনা কোএ। লমলেন চিকপি রায়াখোং, চুমবং লমনামুং হামেং খেনচি চীং মহা ইমরু তুরেল লমঙুংশি, তরাও লৌচিংফৈদা পানবা লৈ, মোমন্নু শাংদিং ইয়োং লৈ-ও কোবদি কদোনোংগীনো? লোইবি তবাও পাখং-বনা শিংলেন লৈপুন শা, লৈবাং খয়োম শানা, হৈবেম খোম চম্নু লোকলাংফাবী, খুঙ্গান ময়াং তাওবা চম্নু লমফেনঙম্বী অনিমাদা মমান মচা হৈবেম পাওরৌরা খুঙ্গান পারৌ রানা পাথৌ ইবিংঙাদি লোইবি হাও তরাও, তরাও পাখংবনা পুরকপা লৈ অসিবু খোয়নৌ ইবিংঙাগী মাঙ্গা ইনিঙনশংদা লমওকনগে হায়না শিংলেন খুৎতা শুনা লমওকনবা লৈবু খোয়নৌ ইতাশিং-ও, মোমন্নু ঐখোয়দি চরৈ ফি শাবদা চিন্নসে, শাংদিং ফিদোল লোম্বা ইয়োং লাইজি ককপনা হানগবরা, শিংলেন মচু থাও লৈরাং

মরাক চাম্বনা হানগবরা হায়না য়েংনববু চরৈ ফিদোল লোম্, ইয়োং লাইজি ককপনা হাল্লে। শিংলেন মচু থাওস্সু লৈরাং মখোক লোয়বিদে, অত্থু নোংগীবু শাংদিং ইয়োং লৈনা লমলেন চিকপি রায়াখোংদা শিংলেন মপান ফানা লৈরাং ময়াই কারকলে। শিংলেন অত্থুসুং মদোমদে।

## (৫৭) হুইয়াই কোংদিং পাওদোই লৈ

লমলেন লেংপাই লমহুংশিদা পানবা লৈবু লৈএ। লমলেন নৌবেংপাই লমহুংশি-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো হায়রবদা কেকে কাইমু মুমকা পাম্বনা শেনবি উদয় মপুংয়াইদা কেকে তমদা তানা লাঙ্গাই শাতিকলুঙেদা মরান ওন্দেরকঙে, মচিং হলরাইরকপদা মবোই ঙানবা থিংলোকোইবু ইরোই ঙানবা উরা হামজোস্সু শাফবা নংদি কেকে য়ুমলক চং, মোইরাং পন্দোন লোম্না চরৈ ফি-য়েল্লু-ও হায়না থৌশিখিএ। কেকে কাইমু য়ুমকা পাম্বগী তাল্লাই মরুম্বি ওংহু অকোন চহুগা খুরোন শামুনাও শাথিবগী তালোই মরুম্বি খমগোই খারং চহুগা অনিমানা তরা চাক ওকলকপদা ঙানবা থিংলো.কাইগা লমওকনরে। ইত্থুনিংথৌ ঙানবা থিংলোকোই-ও, নংদি নরান করিগী ওন্দেরকপনো হায়না পাওহংঙমএ। হোইদা ইমোম পেম্ম-ও, কেকে য়ুমলক চংনা চরৈ ফি য়েল্লু হায়বগী লাকপনে পাওখুমখিএ। ইমোম খমগোই খারং চহুরা-ও, নংদি কদৌবা তরা চাক ওককে লাকপনো, নথংলেন খুয়োন শামুনাও শাথিবদি শেনবি উদয় মপুংয়াইদা কবো হুরাই তাংনা ঙমবললৌরে, অমন য়ারা পুকওইনা অকেম চকমোম লাংগা ওইরৌরে হায়না পাও তাকলবদা খমগোই খারং চহুনা ইত্থুনিংথৌ ঙানবা থিংলোকোই-ও, থংলেন

ইনেম মচাবু কবো হুবাই তাংনা ঙনবলবিবোইএ। নখোয়না লাঙ্গোই শাত্রিক ববমলবনবিঙৈনে হায়না। পিবেম থারুকননা হেকঙাই মপাও চাওনা উনথমবিচা ইরান্না, খোইজি হুংয়া পায়, তকলো শিদং শোন্না, ঙানবা থিংলোকোইবু ঙকথি লুমলাং কোন, শমু মবেংপানবু পাযনা কোন্না কনবু হুংবু শংনা কপলমএ। মযুম কেকেনা তেংথানবদি লেংবানবুদি নাও-ও কৌএ। লমলেন তৌবেং-পাই লেংপাই লমমহন, শনবুম লোনবা চাং, মন্তই পোৎপুবম, হংমৈ তাঙ্গারম, কনশোই লৌতাইচীং চাংবন পল্লংলাদা পানবা লৈবু লৈএ। কৌবা চাংদোই লং, লোইরং অতোইবা, লৈবাং মনাতাদি তাওবা হুইবি মানবা, শিংলেন মপানতাদি লৈবাং মখুঙৈদি লেমলৈ ঙাকুম মানবা, শিংলেন অহলথংদদি হৈবেম সুনা তাবনা শেন্বা লিক, খুঞ্জান ঙাঙদবন শাবা লিক, হৈবেম পুকক চাক হাকুম ককচাক অবিববু মানবা লৈ, শিংলেন মপাচাগা লৈবোই-নদবা লৈ, সৈবাং মহিশাংগা লেংদিনদব। লৈনে। পামেল উথম্বাল তলা শাইককপা লৈবু কৌবা চাংদোললাং লোইবং অতোইব, কৌবদি হৈবেম থোংখম্বা চন্থ অনাং থিংলে নাও মবেম মচন্না শুমাং নোংলাংপানবু ফংলৈ য়াথোকলকপদা পাওহংখিএ। খোম্বা নাহা মাঙওইনবা খমলাং কোনবা চাহাক লোংজুম লোই, থাংলেন চুমবুল লোইবু লোইকেনবা, অথাপ চীংবু কা, অতাম চীংমৈ কোই, পামেল উয়া হেপনা মবান ওন্দেবকপদা পাওহংডুমএ। ইতু নিংথৌ খোম্বা নাহা মাঙওইনবা খমলাং কোনবা-ও, থংলেন নোংয়াই নাহাবু শেনবি উদব মপুংবাইদা য়িংথি খল্লোং লোই তরা শেনবাল লোইবু লোইথোকবু উরমত্রা হায়না পাওহংববু হে

ইমোম পেম্মা-ও, ঐস্সু তাংখুন মরাইতা মপুংয়াই খমলাং মশাই-কোন্দগী লম হৌরকএ। শেনবি ঙমগংনা কবো ঙমওন্নরুদে, নথংলেন শেনবি লোই হাইবদি ইথিং খল্লোংলোই তরেৎ শেনবান লোইবু লোইশাবিএ হায়ববু নাতাবমএ। শেনবি চন্থুরা শমলাং পোপাতেক লৈব। ত্থব। কৌথেৎনা তিংয়ি খাবানথক্তা হেনমোই-বিদত্থুম তাংথৈএ হায়না নাতাবমএ। অস্তুম পাওতমলবদা মথং-লেন নোংযাই খোমবা নাহাস্তং শেনবি মপুংযাইদগী মবান ওন-দেবকলে। লমলেন নোংেং পাই, লেংবাই লম্মহনগী মানবা উদয় লংগুন শিংলেন চুম্বুন শা, লৈবাং খয়োম শেম্মা মোমত্থু তালোং মকম্সি, অযাং থিংলৌ নাওবেম মচন্দা লমওকনববু শিংলেন অসিদি লোইদাম ইঙা চাবি হাংবা, ইঙেন কুমগাং মিনপ শেংদি চন্নবাদা থংহনবদি কাদৌনগবনো হায়না শুমাই পুথক্ত ফেনলোকলে। মমেন হুইযাই কোংদিংত্থুংনা মানবা উদযলংবু শুনা নাইপুংথক্না লংশুং খোংদা তিংনা লৈবাং অমুবদি থবাক লিনগলে লেমাংত, শিংলেন অশংবদি থবা লিকলেং অমা হৈতেং মুংগা যাইদা লেং, অশংবনা যাইদা খোম, লিকশং ওয়সনা মপাই লে, লাকা তোইত্থুম চন্না ইয়োং কোংদিংথক্তা তোয়নখিএ। মপল অযাং থিংলৌ নাওবেম মচন্না হে ইমোম হুইযাই কোংদিংত্থু অহনবি ও, নংনা ইয়োং কোংদিংথক্তা তোয়নবা লৈ অসিবু নপুম লিকপু মাল্লে, নপুম হৈবেম শুনাম্বিক, খুঙান ঙংদা লিকপু মাল্লে। হৈবেম্মা পাকনা তোকতুমলিব, খুঙান্না অপাক কানা তোকচাংলিক, হাকুম কবচাক অরিববু করম মানবনো হায়না শোনমোইবমএ। অত্থু নোংগীবু হুইয়াই কোংদিং পাওদোই

লৈ, কৌবা লিকতাইরং লোইরং অতোইবা-ও ভৌনা কৌএ। কৌবা চীংদোল লং লোইরং অতোইবনা লমলেন কৌবা নৌরেং পাই, লেংপাই লমমহন্দা লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অত্থসুং মদোমদে।

## (৫৮) ককয়াই পাদম লৈ

লমলেন কোইরেং লমজাও লৈবু, ককরা মানপন লৈ, শিংলেন মনাতাদি কোম্বি শাদা মানবা, লৈরাং মপানতাদি উশোক লৈরা মানবা লৈবু ককয়াই পাদম লৈও কৌবদি লৈমা লোইরেম ফাবী খুঞ্জান কাইমুশেং চন্থ মপন শেংবা ললহাবনা পোকপী মপাম হৈরেম লেংখোংপাৎ, খুঞ্জান ঙাইত্থ হাইবু অশৈনবা চন্থ মমান মচা হাওরোক পাম্বীসু, রাবা শান্দম্বা, কোংয়াং রাবরম্ববু লমওকনগে হায়না ইন্দাল্লকপদা মাঞ্জা মরা-ওই, হাওরোক পানবিসুবু শোয়নরে। লৈমা লাইরেনফাবীনা ককয়াই মানপনথক্তা পানবা লৈবু শমু খুংতা শুনা পাদমখিএ। ইমান মচা হাওরোক পানবিসু কোংয়াং রাপারানবা রাবা পান্দম্ববু মরুম খয়োইয়োন চীংহাওত্থনা থৌখামলবনিগীদি শিংলেন নংবু নচু থাওনা লৈরাং নরাক চামগুনো, মাঞ্জা ইরা ওইবা, রাবা পান্দম্ববু অমনা য়ারা পুগা ওই, অকেম চকমোম লাংগা ওইরবনিগীদি শিংলেন নংবু নচু থাও, লৈরাং নরাক চামলক-ও হায়না শমু খুংতা পায়না পান্দম্ববু মমান মচা হাওরোক পানবিসু রাবা পান্দম্বদি শেল্লোই মপাতাও, কেকে খোরি তোঞ্জাওত্থনা পাথৌ খমবল-রাগী য়ারৌ শাবন পন্দোন য়ানফরে। য়াওরৌ ঙম্না থিংলৌ কোঞ্জাইরবগী ঐদি কেকে ইনিংথৌ, মোইরাং থিয়াং

মীচাওববু শোংকিএ। য়ারো শাবন পন্দোন থক্তহুম য়াম্না নোংমল্লগে হায়না নোংবাল ফৈরোইজাম্বা মহৌ লোইকা-ফি, মালপৌ য়ুংনা হৈবা পাথৌ শানফোংদবা ফিনা শমু ঙক্তা কিনা ইতোম মাঙলগে হায়না নোংমল্লে। মরু ময়াং ফুইনা নোংমল্লে হায়বগীবু লুফুই ইন্দমশোই-ও কৌনৈএ। মাঙ্গা মরা ওইবস্তুং শোয়নরে, লুফুই শোই-ও কৌএ। লুফুই কুমদম শোয়দা পানবা লৈ, লৈমা লোইরেন ফাবী পাদম লৈনা শিংলেন থুংতা শুবা লৈনস্তুং শিংলেন মচু থাও, লৈরাং মখোক লোইরকলে। অহু নোংগীবু ককয়াই পাদম লৈ-ও তৌনা কৌএ। ককয়াই পাদম লৈনা মপান উশোক লৈরাং মাল্লকলে। শিংলেন অহুস্তুং মদোমদে।

## (৫৯) শিংউৎ য়েনবা লৈ

লোইথোংলৈমা কোনখু নিংথৌচম্নুনা মতা লেরা খোংনাং নিংথৌ চম্নুগা মপন ফুঙ্গা নোংলুমপান মহু চাথোং চারেমপানবু পাল্লিঙৈ, থুয়া ঈচোত্তা, থুদোন নাহৈদনা নপন্না তাওজিং হৈতংদরিঙৈ, হৈনা মরু কন্দরিঙৈ, পামেল উরাইহক্তা য়ুমজিন কাফফৈ থাদনা শুমাই উরোং খিন্দরিবী, ওইনা মতা অনিমানা মপন শুমাই নোংলাংপান্দা কংলৈ য়াথোকলকপদা রাহুমখিএ। লেরা লৈমা থোংনাং নিংথৌ চম্নুনা হে ইতা, খোইনৌরোই, থোংনাং লৈমা কোনখু নিংথৌ চম্নু-ও, খোয়নৌ ইবিংঙাদি অরাং নিংথৌ পাখং য়োইরেনবা সনা মখোংথাদা রাইথুংমিন্নসে, কোরৌ মথোংজিন রাংবন মরাকচিন্দা লমওকনসে হায়না তেনশিংনখিএ। খোয়নৌ ইবিংঙাদি উরা ইতৈঙাইবু থংনগম্নুসে, লাইজিং ইনাও

ঙাইবুস্নং খংনগন্নুসে হাযনা শবি অচেৎপা নামুং অকববু মখৈ ফংনা কোরো নোংশোন্না মালেম লৈশোন্নখিএ। খোযনৌ মতা অনি-মানা অচৌ লেপফাবা, অশাংলম ঙমলকলবদা চবৈ লিকক্তমদাক, মাল্লো খোংদমলকলবদা লোইথোং লৈমা কোনখু নিংথৌ চন্নুদি মোমন্নু শাংদিং ফিদোল লোমদা ইযোং লাইজি বক্ত নিংৈৈদা পালেন পিশোল্লে, পন্থে পাশোল্লে, কপলাব তাল্লক চোক, হুইচি থমচিনে, তিনগং য়াগংলে। শেপতে ঙামহোইনা লিল্লাই শল্লম ইগ্লে। খোযনৌ মতা লেবা খোংনাং নিংথৌ চন্নুনা ইতা লোইথো লৈমা কোনখু নিংথৌ চন্নু-ও, নংদি কোবে নোঙ্গাগে, চিংদু পন্দল্লগে হাযবে, ইবিংঙাদি পলেন পিখোইবেনবু যৌদনা অমন্ যাবা পুগা ওইগে, অকেম চাকখোম লাংগা ওইগে হাযবে। ইতা ইবিংঙানা অলাং থংবা নোংনিংথৌ সনা মখোংখাদা রাইগুংমিন্ননা তমনিংববু শোযনডৈনে। কোরে মথোঙজিন বাংবন মবাক-চিনবু যৌবলোই। হে ইত লৈমা কোনখু নিংথৌ চন্নু ও, নংদি অমনা যারাপুবা ওইগে হাযবে। শাদোববু ওইডনে-ও, শাদ তোল্লোংবা তেবেল লাংগম্ব খোংবান তৌখুববু ওইঙাম-ও. খোযনৌ নতা ঐদি অবেম চকমোম লাংগ ওইন্ববলগা ওকলেন লাবা খুরৌসে, লাইবেল লাবা খাংযেৎলৈ, শিংউং যেনগা লৈবু ওইবক্কে। ইতা ইবিংঙাদি তোরেন খাংদা যেৎনা পানমননুসে। চৈবৈ ফিদোল লোমদাশিবগী তুন্নুং লংচাক অবেম্বা অসিদি লোই-থোংলৈমা লংচাকপু ওইঙম-ও হায়খিএ। খোইনৌ ইতা লোই-নাই অপাম্বা ইবিংঙাদি তোরেন খাংদা যেৎনা লমওকনডৈনে। হুয়েং লোইদাম মন্নুং ওই, কুম্বা ময়াই কাববদা চাকমোম মৈনোং

খোংনা চাকলবদা মৈরি তাংগোই ওইনা তামম্লসে। মৈখু নোং-লোন কাবসুং কামল্লসে, খোইনৌ ইতা ইবিংঙাদি নহান নাওরা ইখুৎেগী পলেম ইমা রারবখোনবু চানরক্কে। ইপন চিনগোই ময়াথংবু হেপথোকলে। খোয়নৌ ইতা ইবিংঙাদি কোরৌ মখন-মাদি ফংলরোই, রাংবন মতোনমদি লোমঙমলরোইএ, রাংবন মরোন্মগী হললরাইরকঙৈনে। কোরৌ মখন মরোনমগী হললরাই-বকপদা কাওরেন মণ খোংগুন্দা তুংমনগে, হয়েং রাবা মল্লিংবা থুদিংদা তৌরেন খাংদা য়েৎনা লমওকনসে হায়না খোয়নৌ মতা পলেম পিমাচাবু শমলাং তোনগা নান্. খজাই লেংলোই চুপ্না রাহমখিএ লোইথোং লৈমা কোনখু নিংথৌ চহুগা লেরা খোংনাং নিংথৌ চহুগা খোয়নৌ মতা অনিমানা ওইখি লৈ, শিংউৎ য়েনগা লৈ শদৈ তোল্লোংবনা লমলেন মদাইমা, চীংনিগীদি চাংমাইকুই, মণনিগীদি মণমাইকুই, কাওনেন মণ ওস্থা মযুম মল্লাওবা মচিংচিন, মনাই নাইবংচীং, কাকফৈ লুময়েংচীং, শমাচৎ তোন্নানচীং, মুরা খোমলেন চীং, লেরা ওনপৈচীংবুননা লেমলৈ ঙামুবান্দা ওংবা লৈ। ওকলেন লাবা থুরৌ লৈ, লাইরেল লাবা খাংয়েৎ লৈ, শিংউৎ য়েনগা লৈনা এলাং মতা লাম্না শিংলেন মপান ফারকলে। শদৌ তোল্লোংবনা মতাং কারকলে। লোইথোং লৈমা তুহুং মরাংচাকনা লৈরাং পোমশংনরকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৬০) শঙ্গাই য়াতা লৈ, শংকু ইতম লৈ

লমলেন মদাইমা হাওরৈ খানা পাংবরম পাঙন শংখু খুলেন লৈদা পানবা লৈ, শংখু ইতমলৈ, মনা তাওবা হুইরৈ মানবা, মপান

শিনৌ এন্দং মানবা, মৈদিংঙু খোইনাই শেলহোংববু চিংলেন নোংদাই নিংথৌ থোংনাং লোইজা খোম্বা মাইপং চিংমাঙনগী হুয়েন তেকপচক ফাবগা মশানৌ চিংলেন নোংদাইলৈমা ফানা লানয়াম থাবু হুয়েন লখিসিংফাবীগা হুয়েল লাইকংলা, অরাং চল্লুফৌ হুয়েল তারামস্থ ফানাশংদা শেল্লোই লাখাই নোংদা অযুক চামাই লাংনা, চরৈ ফিঙৌ হোংনা শঙ্গাই য়াতালৈ, শংকু ইতম লৈনা মনা তাওবা হুইরৈ মাল্লকলে। মপান শিনৌ এন্দং মান্না লৈরাং মনম চাওরকলে। শিংলেন অতুম্বুং মদোমদে।

## (৬১) চুরা চন্দন

লাইজ সমদ্রু ঈয়াচাও, গঙ্গা ঈরেন পুং, থাওবি য়িযাশেংদা পানবা লৈ, পাঙন শংখু ইতম্বা, মনিক ললওনবা, তাঙ্গা খুং-তম্বা, তিঙ্গা পোৎয়াম পুবা, চোয়নৌ সনা খনগা ওনবা, লুপা চাংজিংবনা ফয়েং নোংফাইবা তিঙ্গা য়াইরেকপদা সমদ্রু ইয়া-চাওগী লৈরায় মুংবিথক্তা চুরা চন্দন লৈবু শিঙজং লৈতোই চল, লৈরাং তংখাই লৌ, শিংলেন ফৈতুপ ককনা লাংলকপা লৈ, ঔরা লাকপা শনা লিকলান তবাদা লমওকনরবা লৈনে। ঔরা লাকপা শনা লিকলান তরানা মৈদিংঙু থাংরাই নিংথৌ মুংয়াম্বদা পাম্বা লাংমুংশিগী শেনবি মপুংয়াইদা খৌশাবা, হুয়েল কৈদোংখম ফাবদা শিংলেন লৈচা থাই, চরৈ ফিগাও হান্, শাচা চুমথিন্না থেললোংলকপা লৈনে। মৈদিংঙু থাংরাই নিংথৌ মুংয়াম্বনা থৌহু হুংদি খাদা থা, ঔরা লাকপা মথুদোনদি শিংলেন য়ায়গা চন্, শমু খুংকা থোং, লাইজ ঙমথংনা শিংলেন নমঙাননা তাওখং

লৈনে। লোইবক খেল্লাইথোংদা নমশা পাকতৈননা শিনৌ কুরাং-পান্দা চুশিল্লবদি মালং মমৈ রাইনা নম্বা লৈনে। মৈদিংঙু শেনবি মুংয়াম্বনা শিংলেন খুৎতা-শু, ফৈরা তান্দা থোংনা কৌবা চীংমাঙল্ল মালং অয়াংবা নংবু খমগোন মরাক চীং শম্থোং মরিল লমগী লমহৌরক-ও। মালং নংগী খমগোন মতুং ইন্না লৈরাং মনম নম্নগে হায়না মালংববু পাওথেম লৈনে। মৈদিংঙু শেনবি মুংয়াম্বা থোংনাং তখেলঙম্বা নারন ফাবা মরৈখং শিংলেন লৈপুনশিনে। য়োইময়াই তাওদনবনা হুমিৎ শিংওল্লবসুং থৌবি মরাকচামদা লৈরাং মনম হোংদবা লৈনে। লোইদাম থামাবদা পুংহুং লংলা মরাক শাম-খিরবসুং রাওরা শুমদাওহন্দবা, লাংহৈ কুমওল্লবসু মোংবা শুমমিৎ লোংদবা লৈনে। শিংলেন লৈপুনশিনে। মালং মমৈ রাইনা নম্ব। লৈনে। নমশা তোমথিল্লে, চুরা চন্দন লৈহুংশিনা লাইজ সমক্রু ঈয়াচাওদা লৈরাং মনম চাওরকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (৬২) শেনবি মকক লৈ

নোংপোক মদাইমা, শেনবি পনমতোম, পাঙন শাংবা পন্মরু, মকক খুল্লেল্লেদা সনা পুংবুরেম লুপা থেনমাই লাংনা পুহান লিকলাং ফাহাপ্নবা পুংদা পানবা লৈ, মকক ধনি কৌবা মরৈখং, লোইয়ম খয়োই নাহা অদোন থিংবাইজাম্বগা পাতোল লাইরিক-এংবগা শেনবি মকক মপুংয়াইদগী শিংলেন মপান ফুকনা পুরক লৈনে। মনা তাওবা হুইরৈ মানবা, মপান পেরে মানবা, হুরা লেংখাং তুংথাংলৈ, কাওরেন যঞ্জেনবা খোংবান নাওরা তোংগাই-রোই, খাবা উনশিং লোইনা ফুঙ্গা কিশি-লৈ, শেনবি মকক

লৈনা মপান কোরি থরাওচি নিকলকলে। শিংলেন অত্থুসুং মদোমদে।

## (৬৩) শেনবি তাইবোং ময়াই লৈ

শেনবি লোননিংখোই, উফৈ ফান্দোংখোই, নোংনিং লৈবিক চিন শাফবা, খোয়মা লানমি চাক হানফবা পামেন উহং-লৈ, খোংফবা চেকলা মৈনা শাংবা মালং চৈরোইনা, খমগোন লেংদিন্নবা য়াতা লৈনে। কৈথোং কামুলৈমা অরাং কোবৌ নোঙ্গাবী লোংদম এন্দা পানবা লৈ, রাঙমলোন চাখা খোংজোম্বী শেকমু অরোংফাবীবু মৈদিংঙু নেইনাই খুমোম্বনা শেনবি মপুংয়াইদা ফিগে শাশাবা, তিন্দু তিনশাবা চোমং লাইশাবা, লিকলি কমশাববু বাঙজা মলহন্নবৈদা মরান লুহোং খোংদোংখিঙেদা অরা শাচেপ লোনমনলাং থুম্বি লৈহৌ চীংদা মপাম পোইরৈ মৈতৈ পাংনা হাওনাভোনকা চীং, লিনপোপ থাংদা পায়না লাংঙ্গোই শয়াংথক্তা শমু খোংবু থিন্না মিকপখিএ। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু-ও, নমোম ঐবু শেনবি লোন খঙদনা, কবো লোনদিন্নদবদা কবম য়াঙ্গোই-ও হায়বনো? খুরাই লমথোক লান, রাংখৈ লমখা কেগ্না ভুরেন খাম্বা লান্না কাওজানবিঙেনে। নমোম ঐবু অসি কোরৌ হুমিৎমানা রাঙম করম্না থাপনো-ও হায়বনো? খোংবান নাওরা তোরোংখোংচাক্লা করম্না চামলো লাংতুং কারম-ও হায়বনো? লৌবুক খোইজুনা শাবল লৈরিবু করম ওল্লো হায়বনো হায়না হাওনা তোনগা পায়, লিনপোপ খাংতপ কোন্না মিকপখিএ। মদাইরেম লৈচোল অশৈবা চাওবা হৈবোংশুম্বনা রাঙমলোন মৈদিংঙু চহু চখা খোংজোম্বী শেকমু অরোং ফাবী-ও, হয়েং শেনবি মপুংয়াইদা

নপারি শাৎনরা নমোম ফুইনরবগা চীংলেন নোংলাওথিগুম মোংবা খুরুপ হৌনা মিকপপিনে হায়না শেনবি চত্নুরা শমলাং পোপতেক লৈবী, লুপা খোজাও থেৎপীনা ভিংভি থারবান মথক্তা হে ইমোম পেম্মাশিং-ও, হাওনাতোনগা চিং, লাঙ্গোই শমাই ওন্, লিংপোপ খাংতপ পায়না মিকপপিগী মপারিনে। রাঙমলোন-ও, লিনপোপ খাংতপ পায়না মিকপলগনো হায়না রাংলেন খৌয়েননা অশে খৌয়িননা শৈশকনরমএ। অত্নুম্না তোইরাং চীংনে রাঙমলোন চাখা খোংজোম্বী শেকমু অরোংফাবী মলহোল লৈ, অঙৌবা হিদা খুমোম্বা মনচৎ লৈ, শেনবি তাইবোং ময়াই লৈনা মৈদিংঙু চীংখোং তোনাবনা তুবি য়োইকোন্নুং কোন্নুং অচনবা, য়াওরৈ লৈয়াথিগী মরান যুমদাগে হায়ঙৈদা মপু লেমথোং লৈশাংথেন্না রাংলৈ যুকৌঙৈদা লাঙ্গোই নাকথং পাংবদা লুপা থেনমাই লাং, চেকলা তুফাং চিন্না য়াওরৈ লৈয়াথিগী মরাল লেমথোং য়ুমদা লৈ, শেনবি নোইনিংখোই, রাকলেন তোংদান নোংদা য়াতা লৈনে। উফৈ ফাতোংখোই নোইনিং লৈরিক কাফবা, মোংবা শুমিৎ লোম্নবা, য়াওরা শুমতাও হাম্নবা শিংলেন লৈপুনশিনা হাওরৈ নোংপোক পাংবরম, কোবৌ নোংনা রাৎপা মরমখৈ, মালেম লৈনা থোইবা মরাই তা, লাইজ ঈনা থোইবা মতুয়াবু ঙমওন্ননা চেকলা কায়রৈ চীংশোংকাবীনা চেকলা মথোং হাংবরম, য়াম্বি কায়নৌ চোং, খনং পাইবা হাওবরম লেংলে কংলা তোং, খুন্নুংপোক লৈমাঙন, মেনখোম্বা লৈয়োম্লাং, চোয়নৌ সনা মপান শাবা, লুপা মহৈ য়ানবা পুংদা কায়থোং কম্বা লৈমা নোংদম-এন, চেকলা

চেকমৈশাং শেনবি লোন্নিংখোইনা কোনবি মপুং ফারকলে। শিংলেন অত্নুস্নুং মদোমদে।

## (৬৪) ঔরা লৈ

নোংপোক ঙমথংনা কৌবা তোংদোই-পুং চিকোং লৈময়ায় তাংকোং কৈথেললেন, খাগী লমদাং-শাং, ঔরা থোংলেন লম্ম-খৈদা রাংমা নাহা লমদাংশাংদা লমদাং পুংদা পানবা লৈনে। চীকোং লৈমযায়-ও কৌবদি শেনবি পোংনিংথৌ চৌফা খিথোম্বা মদাইরেম লামাম খম্মান ঙাথিবনা য়িংথি ইচিন-লুদা শেনবি কুংহুম কুংনা তাবে, চিকুং লৈময়াই-ও কৌএ। চিকুং মপুং-য়াইদা পামেন শমন্ উয়ামপোক ঔরা তোংদোই পুংদা পানবা-লৈ,শিংলেন মনাতাদি কায়বৈ য়েনলৈ মানবা, লৈরাং মপানতাদি চোয়নৈ সনা লৈত্রেং মানবা, শিংলেন লৈচুতাদি ফিগে কুরাও মানবা, মৈদিংঙু পোইবৈ খুঙ্গাওবা মমোম রাঙমলোন লিনথোই-ঙম্বী ঔরা তোংদোই পুংদা কাওজানবীনা লাইরেন মপা মৈদিং-ঙুদা থোললাং লৈনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবনা হৈতৌ য়ুতংঙৈ, লাংচেং থেনগাঙৈদা কুমজিং লোননিংথক্তা কবুই মাম্বক মচন হুংনাংতাওবিগী তাংজা মশমজিনা ওইখিলৈ, লৈরাং অনি-মনা থবা লিকখান নিংথিননা হেনমোই লৈ, মৈদিংঙু মদাই-বেম লাংচেং হুমাইহুম্বনা পোইবৈ চন্নুরানা চিনগে হায়ববস্নুং চিলহন্দবা লৈনে। মোমন্নু তাংজা মশম ককনা থৌখামলৈ, রাঙম চা পাখংনা থেৎয়িগীদি পাখং মানবা মশমনা থৌথিংলৈ, রাঙমলোন লিনথোইঙম্বীনা লাইরেন মৈদিংঙুদা থোল্লাংলৈ, লাই-রেন পোইরৈ খুঙ্গাওবা মরৈখং, শিংলেন ঔরা লৈনা ভুবি য়োই-

কোম্নুং কোম্নুং অচনবদা মোংবা য়ুমজাওমাঙদা লৈরাং পুম্না ঙাম্না শিংলেন মপান ফারকলে। লৈরাং অতুস্নুং মদোমদে।

## (৬৫) চিগোংলৈ

লমলেন মদাইমা শেনবি লৈরুংচীং কবো খেইমোম লাই-মৈচীং, কাম্বারৈ লমহুংশি শেনবি মোংকোংলৈ, কবো মুংয়াং-লৈদা পানবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি তরেৎ শেনকোই মানবা, লৈরাং মপানতাদি কোরি শিংগা মানবা লৈ, শিংলেন ঙাংনা ওনবা লৈ, লৈরাং মথুঙৈদা মুনা য়েননিং হুনবা লৈ, শেনবি চিগোংলৈনা লৈরাং লমহাই নাইরকলে। শিংলেন অতুস্নুং মদোমদে।

## (৬৬) তাইবোং ময়াইলৈ

লমলেন মদাইমা হাওরৈ নোংপোক পাংবরম শেনবি তমলোরেন তাই:পাং মপুংয়ায়দা পানবা লৈ, শেনবি চাক-শামন, কবো পোংশামন তাইপোং ময়াই লৈ, মনা খমকোই লৈচুম মানবা, মহৈতাদি পুংলি অকোই মানবা, মৈদিংঙু নোই-নাই খুমোম্বনা লৈহৌ কুমওল্লে, পোইস্নু হিয়াঙ্গৈ কুমশা লৈ, মোমস্নু খুৎয়াই হামচু লৈ, খুৎনিংথৌ তোমপোকপি হেনমোই লৈ, খজাই তোমথিল লৈ, থবাক চোইতা লৈ, শিনৌ কুরাং-পান্দা চুচিল্লে, শেনবি মুকাপ তেরা কাপশিল্লে, কবো কাপ-শাংবা হুঞ্জিল্লে, অহিং শামল চুশিল্লেনে। ইস্নু হাওবা লাইরবনা তালোই মরুম্বি লাল্লোই হুইকোনবা চস্নু হুইচিকস্নু তাওথোং কাইবি য়াংলৈ তাউবা হুইমিং থোংবু চুনবিগা লোইয়ম থোঙাইবা

চন্নুগা পাওমেন্নেএ। থংলেন ইবিংঙানা কাচেং থাংলৈতা, তেৎনৌ য়োৎ লৈতবগী\ক্লাচেং মিথাং রাই, তেৎনৌ মিয়োৎ রাইনা, নোংয়াই মিৎয়েং নাওশুমদা, খোমলেন তুমগন্দনা, শিংচেপ মৈরা হায়জো থাম্না খাল্লে লৌতাববু রামল্লে, ঐদি কোল্লু য়োৎশুংবা ক্যাং মোন্দুম থাঙশাবা মৈবি তোংহুম চন্না, তেৎনৌ নিঙগা য়ৈবদা তেৎনৌ য়োৎলক চনলুগে হায়না তাওথোং কাইবি চন্নুনা মরাল থৌচৎলকপদা শেনবি পাহোংববু লমওকনরে। পাখং নোংচেং ওই, থারা থমনোং ওইবা, পাখং শংবাই লোন্দাম্বা লৌগুম্না, হুরা ঙাইখোং শিনসু লুককুম্না মদোম পাংশোই হাঙবব লমওক্লরে। শেনবি কাদেং থাংশাবনা পাওমেনঙমএ। য়োই-বনাই-ও, ইবিংঙা কোরৌ কুইমিন্নখিসে, রাংবন লোনমন্নখিসে, ফায়েং নোংফাইরম-ও হায়না থৌখামলে। লাল্লোই হুইকোনবম চন্নুনা লোইদাম থাশিরা, লাংহৈ কুমওল্লবগী মথংলেন ইন্নুং হাওবা-চা লাইরববু চেংলো শকউদা, পুন্নুং লেপখঙদরবগী হেকঙাই মপাউ চাও, পিরেম থকমাদনা মিকপখিএ। লাল্লোই হুইকোনবম চন্নুনা শেনবি চাকশামন, কবো পোংশামনবু তাইবোং ময়াই হামচু লৈবু শমু থুত্তা শুনা থিংবা নিংথৌ লাঙাইবা পাওজেন চেক, লোইবি ক্বাক অঙৌবা-ও, শিংলেন অসিবু শমু থুত্তা শুনা ইথংলেন ইন্নুং হাওবা-চা লাইরবদা রাইথুংবিরু-ও হায়না থোনখিববু য়োদরে। য়াংলৌ মলেপ মাতুপমদা চেকলা অঙৌবনা শঙচুনরে। হুইচিকন্নু তাওথোং কাইবি লাল্লোই হৈকোনবম চন্নুনা রা ওইখিএ। থিংবা নিংথৌ লাঙাইবা পাওজেনচেক, চেকলা অঙৌবা অসিনা পোনবি অঙৌবা অসিনা মুরকপা অসিবু অসাইঙৈগী

মোমস্থ মেল্লোং ইখুদোনবু থংলেন ইস্থুং হাওবা লাইরবদা য়ৌদবা ওইরিডৈনে হায়না শোনমোইখিএ। কোরৌ স্থমিৎমদা শেনবি চাকশামন তাইবোং ময়াই লৈবু শমু খুৎতা শুনা লাইরা মুরৌখোই লৌখোই হামলম্বিচা, লৌশিং হামবোইবা হামুন চার-তোংবা চেক-ও, শিংলেন পুংলি খাগোই মানবা অসিবু ইথংলেন ইস্থুং হাওবা লাইরবদা রাইথুংবিরু-ও হায়না য়োইথোনখিববু লৌরাই মুরৌ খোইনা শেনবি চাকশামন, মচেৎ পাংমনা পোনবি তাংজ। লুবেনতোনবু মুনখিএ। চেকলা মশাতোন পোনবি মমৈ-তোনস্থং তাংনখিএ। শেনবি চাকশামন, মচেৎমনা মথংলেন ইস্থুং হাওবা লাইববদা রাইথুংলুইএ। হাওবা লাইরবনা পোনবি খো গুন ইন্, চেকলা মমৈ রাইনা কোন্দা মনি থাংশাবা ক্যাং মোন্দুম থাংশাবা মপুংয়াইদা রাইথুংলুবে। মবান লাল্লোই হুইকোনবম চস্থগা লমওন্নবে। মিৎকোই থম্বান মানবা অনিমাদা লাইরু ঈক চেন্, ঙকথি নুমলাং কোন্, শমলাং তোনগা নান্না পাওনেনখিএ। শানৌ নঙদি কদৌবা অসিদা য়াঙ্গোইঙম্বনো, ইস্থুং হাওবা-চা লাইরবনা মরুম লাল্লোই হুইকোনবম চস্থগা মবাল ওন্দেরকলে। অস্থ নোংগীবু লাল্লোই হুইকোনবম চস্থ হুইচিকস্থ, তাওথোংবীগী মেল্লোং খুদোললৈ, চেকলা অঙৌবনা পোনবি মুনা লাং, ইস্থুং হাওবা লাইববা মরৈখং-ও তৌনা কৌএ। শেনবি চাকশামন, কবো পোঙশামন তাইপোং ময়ায় লৈনা লোইদাম হিয়াঙ্গৈ থাদা কুমশারকলে। শিংলেন মনা লেক্, লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অস্থসুং মদোমদে।

## (৬৭) লুপা পেরে মানবা লৈ

তাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম শেনবি মদাইমা কবো তমলৌ-রেন মমা রাংন্থু লৈমা খোংজোমফাবি মচা মহৌ রাংবিগুম্বা নোংপোক চানা ফাইরেন হাওবা মথুরোন্দা পানবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি তরেৎ শেনকোই মানবা, লৈরাং মপানতাদি লুপা পেরে মানবা লৈনা শিংলেন খুমু চোং, কুমচিং লোননিং শারে, লৈরাং ঙৌনা ফারকলে। শিংলেন অত্থুস্থুং মদোমদে।

## (৬৮) খোংগনবা লৈ

লমলেন মদাইমা হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম শেনবি নমশি লৌ, রাইশি লমদোংপান শেনবি মিতাকপা কবো য়োংবা লৌ, খারি লৌথেংকোন্দা পানবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি মানবা তেমজিন মানবা, লৈরাং মপানতাদি চোয়নৌ সনা লৈত্রেং মানবা, শেনবি কবো লৈনা শিংলেন মপান ফানা লৈরাং ময়াই কারকলে। অত্থুস্থুং মদোমদে। মৈদিংঙু চৈগন থেকপা হুয়াম্বা ফাবনা তুবি-খোয়বুং মরৌ চাওনা মযুম কেকে মোইরাংনা খাংলা চয়োমননা তৌথোপ খম্বাংনা শেনবি তমদা তানা ভুমু য়াগা চায়না খারা-খেনচং কিন্, শরিক লাইখন থুম্, থুম্বি মৈমাং চল্, হুয়েন য়াইশিং মুৎ, শাইবু মৈতান পক্, খংনং লাইতং লেং, কাওরেন ষণখাং তরা লান্, চুংলেপ হুমকু চোং, চৎলম ফানশাং থুন্না পম্বেংনোংদা শেনবি তানাতাবনা রাতানখিএ। মৈদিংঙু মুয়াম শাফবা মদাইরেম চকপা লমবু কোনখাং লাইচৌবা, এলাং নথৌরাংনা নযুম পোইরৈ

মৈতৈনা শেনবি ইপুংভাক কবো ইরৈ কায়রে। নংবু লাংবন করোং খুৎকুমনরগে হায়না শমলাং তরৈননা পরৈ লানগা শারে। চকপ.লমবু কোংখাং লাইচৌবনা শেনবি ইচিংঙাই, কবো ইনাও ঙাইশিং-ও, নখোয়বু ঙাইরখি-ও। অয়ুম পোইরৈ মৈতৈরা, ময়ুম কেকে মোইরাংলা খঙদে, মিৎয়েং শানখৈরুখো-ও। অয়ুম পোইরৈ মৈতৈ ওইয়িগীদি লাইরা চেপশি লোন্না পোলাং লাইচম খন্, লৈহৌ য়ুভাও খাঙবা লানা তরা চয়োমনঙেনে। ময়ুম কেকে মোইরাং ওইরবদি তৌথোপ খন্থাংননা খাংলা চয়োমনরকঙেনে। শেনবিনা মপান থোক্লা তরা চয়োম থোরক্ফম্বু মিৎয়েং শানখৈরুখো-ও। ঐবু পরৈ লানগা শাববু ভৌনখিগুনো হায়জখোনগী মিৎয়েং শানখৈরুববু তৌথোপ খন্থাংনা খাংলা চয়োমনঙমলে। ইলম্বু কোংখাং লাইচৌবা-ও, নংবু লৈরাংঙাদা রারোংনরুইএ। ময়ুম কেকে মোইরাং ওইখামএ। অয়ুম পোইরে মৈতৈগা ময়ুম শেনবি কবোগা মোইরাং থেংমন্নসে। হয়েং লোইদাম মনুং ওই, শিংলেন অসিনা মপান ফা, লৈরাং অসিনা মপান ফারকলবদা হুয়েন লাল হৌরক্কে হায়না শিংলেন লৈপানমবু লৈচা শেৎনা খাইনখিএ। মৈদিংঙু ভুবি চরাইরোংবদা হায়রু-ও। শিংলেন অনিনা খুমু হুন্, লৈরাং মরোং ফারবদি হুয়েন লাল হৌরক্কে হায়না থেল্লোং লৈনে। কেকে ঙাংখম মশাইনা হুয়েল লালজং লৈ, শিংলেন কোক্তা থেৎপবু শিংলেন মচু থাওদা, লৈরাং মখোক লোয়দবা লৈনে। শিংলেন খোংগনবা লৈনে। শিংলেন খুমু হুন্, শিংলেন মতা শানা লৈরাং মরোং খাইরকলে। শিংলেন অহুম্সুং মদোমদে।

## (৬৯) শিংলেন কোইজায়েক

লমলেন চকপা লমন্নুংশি, মেনখোম্বা লৈমযায, চকপা অঙ্গো-য়ি, ইংথি ইয়াচাওগী লৈঙোই শেকচাইথক্তা হাগোবপা চেক, অরাই শংখু চেক, পোনবি কোইজায়েক শরা তোংহৌবা রাহোং মৈপুংবী চাবু মৈদিংঙু খুইয়োই তোমপোক্পা নোংবানলেন নোং-মোইন্নু অহোংবীবু কোবৌ নোংথাং কোন, ন্নুংনাং কাওখংবোনগী হোইথিনোংদা শরা তোংহৌবা ন্নুংবান থয়াংবগা শেনজা হাই..বা চীংয়াই চাহুইরোংগা কোবৌ বাওজা চং. রাংবন চাহো.ইদা কোবৌ নোংনিংথৌ পাখং যোইবেনবনা শেনজা হাইইহন্দি শাংদিং লোনঙম্বু লনকুমেএ। ন্নুংবান থযাংববুদি ... বোইচাযেকপু শরা তাংজা লুবেনতান্দা থেংপিগ্নামএ। ... নোংগীবু অরাই শংখুচেক পোনবি কোইচাচেক-ও তোনবেএ। রাহোং মৈপুংবি চানা য়িংথি ইচাওদগী লৈঙোই শেকচাইথক্তা নোইতম্বা চেকতা পানবা লৈ, শিংলেন কোইচায়েকনা চেবলা মৈপুং ফাবকলে। শিংলেন অন্নুসুং মদোমদে।

## (৭০) উতোংলৈ

হাওরৈ নোংপোক পান্দা শেনবি ববোপুং, পানান খারৌতোন, কবো কানম্বা লেংওন খাদা পানবা লৈ, শেনবি উতোংলৈ, লৈরাং মনাতদি নানবা তেমজিন মানবা, শিংলেন মপানতাদি খাগাবা উতোং মানবা লৈ, লৈকাই ইংখোন ফৈরোইন্নুংদা শিংলেন মানা লোংনা লৈরাং মপান ফারকলে। শিংলেন অন্নুসুং মদোমদে।

## (৭১) ক্যামলৈ

মৈদিংঙু শেনবি ক্যাম্বনা ক্যাং খুনংমলৈ হাওরে লোংপোক পাংবরম শেনবি লৌথেংয়াং, ক্যাং চবাংতেক তেকপি খাচনচীং, য়াংলৈ তাওবা চুইথৌচীং, লিরাচামলৈ মুংকোং মুংয়াং নিংথৌ খুশিননোং লৌথিবা থমলোই তাইদা পানবা লৈ, শেনবি ক্যাং খুঙমলৈ, চারেখম লানমিং নাইবা ফানা লৈনে। মৈদিংঙু শেনবি ক্যাম্বনা চংবি মকৈরেন মখুৎ ফা, ক্যাং খুঙম কৈ, চরৈ খমমিং নাইবা ফানা কৈদা শিংলেন লৈবিংখিএ। অহু নোংগীব মৈদিংঙু শেনবি ক্যাম্বা মখুৎপা, থাংনাই নিংথৌ মুয়াম্বা মরৈখং, শিংলেন ক্যামলৈনা লৈরাং তোংশং ফারকলে। শিংলেন অহুস্থ মদোমদে।

## (৭২) খুঙম লৈ

লমলেন মলাইমা হাওরৈ লোংপোক পাংবরম খোইনিংথৌ চেংজাম্লগা শেনবি নিংথৌ লিংতেংবা চহুগা মপাম শনফু নারুমচীং, মারেম কনদো রোংখুনচীং, মপাম খোইবু রাংলেনবা তরেৎ মশনচা রাংলেন খোইদোংবা, খুঙং হওরোন শং শং থোকপা. তরেৎ শেনবুং শেনফাং য়েনা, তোইরংচীং খোইবু চীংলাইবক্তা পানবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি কাইরৈ হেনখোং মানবা, খোইবু তোম-চেংলা, তোমচেং হাইমিনাদে। খোইবু মরিংবনা চরৈ ফিগাও শানা লৈনে। খোইবু মরিং খাবনা মেরা যংতুইদা বংলা পাওদম লৈনে। খোইবু মনিন নাইবনা ষণ্দং নারেচিং শেঞ্জাও নমদা পোনা খোইবু তোমচেং লাদি চরৈ ফিগাও শানা, চানলৌ লানা য়োম্, শিংলেন লৈপুন শা, লৈরাং পাদা পমনা লোইহা

পুরুমফম, শোংশুক খুনঙমফম, তখেন মুংবা ফানফম, থৌখাম লোইয়াফমদা চিংঙু পুথি লৈনে। মৈদিংঙু চিংখোং লমক্যাম্বা মরৈখং খোইবু খুনঙম লৈ, মঙান ওকলাবগুম মৈশোনবা, হুয়েল শাকাপ্পা ফানা লৈনে। খোইবু তোমচেংলা, মেরা ষণ্চু লৈ, য়োইরেন তেংমাইথিনবা, লোইবি মকক খুনঙমশঙ, হুয়েল হাইচুবা ফানা শঙদা রাঙনবা থেমথা মাইখংঙাইদা মৈদিংঙু চিংখোং লমগাইঙম্বনা কুমজিং লোন্নিংথক্তা হেনমোই লৈ। মৈদিংঙু চিংখোং লমক্যাম্বনা মরৈখং, খোইবু তোমচেং লানা খোইবু চাংলাইবক্তা তোমচেং হাইনৈ ফারকলে। শিংলেন অত্থসুং মদোমদে।

## (৭৩) লৈহাও

রাইরং মদাইমদা পানবা লৈ, লেংখু মতমপাকপু লাংলেন লম্মচুম রাইরং মতমপাক্তা পানবা লৈ, মনা শরোং তময়াংনবা, মপান সনা লৈত্রেং মানবা, য়োইময়াই তাওদনবনা খেনগারক-লবদা থাওবি লোকমাই হেন, কোংয়াং রাগোল লোম, পামেল উখোং লোনগে তৌবগুমলবদা শিংলেন মপান ফা, লৈরাং মথানা মনা লেকপা লৈনে শিংলেন য়ুমাংলৈনা রাইরং মদাইমদা লৈরাং ময়াই কানা লৈহাও মপান ফারে। শিংলেন অত্থসুং মদোমদে। রাইরং মদাইমদা পানবা লৈবু লৈএ। পুংবুন য়ুমনাবা মরোই চাক্তাংবা শেনবি কবো লৈহৌ কৌবনা খঙলকপা লৈনে। তল্লা অঙনবা পামেল অরেম্বদা পানবা লৈ, মোমন্থ চরৈ ফিরোনথুংদা য়াতাবা লৈনা রাইরং মদাইমদা মালং চৈরোইননা লৈরাং মনম চাওরকলে। শিংলেন অত্থসুং মদোমদে।

## (৭৪) যল্লম মাকপা লৈ

রাইরং মদাইমা নোংয়াই লম্মখৈ মাকপা কোলোই চীংদা পানবা লৈ, নোংয়াই মাকপা লাইববনা মমোম খয়োইবোন লাইহোংখু শাফাবীগা মাকপা কোলহৈনোংদা মাকপা লাইববনা ইমোম খয়োইরোন-ও করম চননা নিংথিবনো? চোয়নৌ সনা খনগা ওন্না চাংচিংনসে, শাইবা ফিযান্না তিংখং খোচংনসে হাযনা পাওমেল্লকএ। খয়োইবোন লাইভোংখুনা ইপল-ও, এদি নমোম তংডানে, নাকলে নংনা ফিয়ানবনে, চাংডু নোংথৌ শোবাবেন পাখং যোইয়েনবনা কোবে থাককনা রাংবন খাথাননা তেলবাইবকচৈদা অরাং হুংগোন শেবনয়ি, তাংজা নবিনশং লিলহা তোংগোনববু শোংবিএ। ইডু মুৎলে চাংলে শ, ইপন চিংখম চাওপোক শানা নেম্বি নোইমল লাংনা চিনগোই চন্, কৈবেন যাথোক চন্না হাংলগনে হাযনা খুৎনা ইন, থেক্লা কোইনা রাকনববু ঙমদখিএ। মডু খুৎলৌ চুংলৌ শানা কাওবিদে, চিংখম চাওথোক শানা নিনবিদে, পানব মাংথোননা কৈনেন তুংইন্নবকএ। নোংযাই মপন ডাইনা খামগববা খাম্বিদ, খুমন মডু ডাইনা কনবিববা কনবিদে, মপন নোংযাই থংবচা নিঙেনহৈবনা লিরি থমোই তিং, লাকা তেনমৈ লাব, রাইবা শেংগম থোংনা পানবা থন্থুং থিৎ, কৈবেন হুংদা লেংনা কনবিখিএ। অডু নোংগীবু নোংযাই মাকপা লাইববা অদোন মপাচা খুমন মযেল্লুবু শেনগোইরাগী খোযমা নাবোনহুং য়ারা পুচাবোন খোযমা লাংচাবোম্দা চানা ডাইখাংননা কোবৌ নোংজা খুদিং তেকপি ওকলম ইন্, কাওবেন যল্লম ইন্না শাম্থু পলিঙৈদা মাকপা লাইরবনা

শিংলেন মহৈ হেক্লা তবা চাক ওইনৈএ। লৈরাং মপানতাবুদি নানবা শমজিথক্তা থেৎনখিএ। অহু নোংগীবু ষল্লম মাকপা লৈ-ও থোন্নৈএ। শিংলেন মাকপা লৈ অহুগী শিংলেন মনাতাদি পুন্থং হরাই থাংপাক মানবা লৈ, লৈবাং মপানতাদি শিনৌ সেন্দং মানবা লৈ, ষল্লম মাকপা বোলহৈ চাংদা শিংলেন মপাল ফাবকপা অহুস্থং মদোমদে।

## (৭৫) থম্বাল

লমলেন মদাইমা রাইথৌ লৈবাংকোন্দা ওংবা লৈ, তুবি যোইনোংদা নোংদা লাইবেন পাৎংবা তুবি খোযহৌ লৈ, পাৎ-য়াই কোন্দোল লৈ, ইমু বোলমাং লৈ, রাইথৌ লমলো নাবু নোংয়াই থিংবাই শেলহোংবনা চামলৌ লাংাকএ। অদোন হাওখোং শিনাইখুনা চানগববা চানদে, পোইবে মৈতৈ রাংখৈ খোংবা অথৌবনা চামলৌ লাংাকএ, রাইথৌ লমকোল্লে। অখোং শিংগা বংনা হেকনগবনা হেকনদে। কম্বোং শোইখু শোইহ ম্বাচা মপাবি তবামঙামা মমোম তবামঙামানা লৈবা লৈকোং হেকনা লৈরা মহৈ হেকনা চাঙৈ, খুঞ্জান লাইরু কোনশিনহৈবা চন্থু লিনগোইগী খুমন নিংথৌ তেকয়াম্বা, নোংযাই লিকমন নিংহৈ চেকয়াম্বা, নোংয়াই লিকমন লাম্বনা কম্বোং মপাবি চামলৌ চেন্নববু পুৎথ পুৎথ তাইএ খমপুৎ-ও থোন্নৈএ। মশম মনা রাইনা ফারে, রাইথৌ-ও কৌএ। মশামরেং ফনা চিংলে, শাইজিং-ও কৌএ। লোংনা কমলে লাবোং কোল-ও কৌএ। তাংজা লুরেন তোনবু রাইখোম তাওবগুম্না তাওখৎলে। ময়ুম নোংয়াইনা তেংথানবদি খোমবুদি রাই-ও কৌএ। রাইখোম্না তৌবগুম

তাওথোকলে, ৱাইতাও-ও কৌএ। কম্বোং চেকথু চেকয়াম্বী, শোইয়াম্বী মপারি তবামঙামা চেংলৈ তোনসেন ফাবা খমলৈ তোনজুনববু কোইনা কোইনা তাল্লে, কোইজিং কোইমাহৌ-ও থোননৈএ। খন্না ফারে, চীংখম-ও কৌএ। খুৎনা ফারে খুৎনৌ-ও কৌএ। মহিনা নাপি-শিংবিদা ঙাংনরে ঙাংলৌ-ও থোননৈএ। লমলেন মোইজিং লারোংকোন ৱাইথৌ লমহন্দা ওংবা লৈনে। কেকে মোইরাং পাইখু লৈমকোনবা চন্থু মথংলেন শাংদোন লৈনাও তাবা রাকয়ে মহিচা মৈনি লোংবা তোংজেং হৈনা পানফোংবনা খুমন মুংখু লৌঙাকপী তাইকোন লৌশংবু ফাগে হায়না হুয়েল লালহৌরকপদা খুমন নিংথৌ খোংলৈ মমাচা ইকোপ লাম্থবনা হুয়েল লালয়াম থারে, কেকে লানয়াম শিরে, মোইরাং লানয়াম ফারে। শাংদোন লৈনাও তাববু করম মানবনো হায়না মতু নাইখু কোম্বা কোন্, কেকে কাংখচা মোইরাং পানবি শোইদা চামলৌ লালিংখিএ। হুইপি তাক্লা লেংকোন্দা চামলৌ মপান ফারে। অতু নোংগীবু নাইথু কোম্বা চন্থু মরালিং-ও কৌনৈএ। তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাখংবা খোইহৌলা, পাৎয়াই কোম্বল্লা, ইমু খোনমাংলা, ৱাইথৌ লমকোল্লানা নাইখু কোম্বা কোন্দা কুমজিং লোন্নিং শারকলে। ঙাংলৌ থম্বাল লৈনা শিংলেন মপান ফারকলে। শিংলেন অতুস্থং মদোমদে।

## (৭৬) থমপুং নাওশা লৈ

থৌবাল মদাইমা মচল লৈমা মচীংজিন, মনিং লৈমা শোন্তাকচীং-ও কৌবদি কদোনোংগীনো? ৱাঙমলোন থোঙাইথোং

মৈদিংঙু নাওকনবা চহু লিনবান যোইনাওবীবু মথংলেন খুমন নিংথৌ পুবান খুনৌশিবদা মবান লুহোং-খোংদোংঙৈ, মদাইবেম নোংয়াই অশৈবা এলারাই নোংলেনরাক মবিং খুনঙমপুং নাশেনবা ফানা পুংবু লেংলোই য়ান্না পানবা কৈয়েক লাফাচৈদি পুংজে ফৈনা হাইনা তোইওং লাথাখিএ। মদাইবেম হুইহু কুমলংরাকনা শমু তুংবুন্না খোইবু খুনঙমপুং, শমপাকপা ফানা পুংবু লেংলোই যান্না থিংলৌ কোংহনবা ফানাচৈবু পুংজে ফৈনা হাইনা তাইওংথঙৈদা লোইবি চীংজবোই হাওহু লৈমাবীনা তমফা ইনিংলোন-ও কৌঙমএ। রাঙমলোন থোংজাইথোংনা ঐবু লৈ অশোইবী, হেম্বা অমাংবীনে, তমফা ঐবু ইনিংলোন কৌঙমএ হায়না নোংথি মবৈ চন্না তিল্লাং হাইশিংননা শোনমোইবনএ। অহু নোংগীবু খুমন লৈমা চিলওনচীং, মনিংলৈমা শোম্বাকচাং-ও তৌনা কৌএ। লংমাই শিযান্দি লান্দাবম, নোংযাই থাংগন য়াংদি লিকলাং পুক্তা যেপ্, তবেৎ খুৎতা শুনা লিকচেল্লম খমপুৎ পাৎলেন যাইদা পানবা লৈ, কেকে মোইবাং শোংলেন লাম্বনা খুনম্নুং মেন্নোংবা, তবেৎ মশেন চাবু রাংলেন শাচম পুনা, খুনুং হাওরোন থোকপা শেনবু তবেৎ শেনফাং যৈনা নোংযাই লাল্লুমঙৈদা খঙলকপা লৈনে। নোংযাইনা তেংথানা পাংযাই কোনথোল লৈ-ও কৌনৈএ। মযুম কেকে মোইবাংনদি খমপুৎ নাওশা লৈ-ও কৌনৈএ। খমপুৎ নাওশা লৈনা লাইজ ঈপাকথক্তা শিংলেন মপান ফাঙম্বু কেকে শোংলেন লাম্বনা কেকে থাঙ-ঙজাম্বা লোক্তাক ঙাতা থৌবা, লেমলৈ পনম শোইতাবনা শিংলেন অসিবু লৈপুন শা, লৈবাং খয়োম শেমলক-ও, তালোই ঐগী লুম-

লেনতোন অতোম্বী অপাম্বী, চাওবা লৈনম্বা মমোমলোন, মপ্পন লেংনা তিন্, মত্থু লেংনা ফাংবনা য়োইনবসিবু য়োইমা লৈমা-ও তৌনা কৌএ। খোয়নৌ মতা লেংনা তিনবদগী চীংহাও সনা লৈগুম্বী মতোম নৌনাফবী য়োইবা লৈয়োই নৌরোন উরা মতৈঙাই, ঙাংখম মনাওঙাইবু খঙনদবী লাইজিং মকুঙাইদি ঙাংনবা শুমাই মুংলাংপাম্দা কংলৈ য়াথোক্তনা শংলেন ঐগী অভেংবদা থৌদিকফবিদা লমওকনরুগে হায়খিএ। মদাইরেম থাংঙাচাম্বনা নোংচুপ হাওরেং কাইবা চন্থ মরিং হাওমু শোনমোই তাঙ্গি মখুৎথা, খোংলেন চামলৌ লাথা লেংনমঙৌবা কফলু লুং। লাবু চামলৌ লাভোন থৎনা লৈরাং খযোম শা, যোইনাও-রোই শাফবিদা লমওকনখিএ। অত্থু নোংগীবু কেকে শোংলেন লাম্বদা মরৈখং খোইবলৈমা যোইনাওরোই শাফবিদা লমওক লৈ, খমপুংলাওশা লৈনা মনা তবেৎ শেনগোই মানবা, মপান সনা বোনমাং মানবা, মপাল কোরি চুমবুন মানবা, লৈরাং মখোক ঙাংবা লৈনা খমপুৎ পালেনয়াইদা লাইজ ঈপাকথক্তা শিংলেন মতা লামলকলে। শিংলেন অত্থুসুং মদোমদে।

## (৭৭) লৈরি

হয়িঙৈদা য়ারৌ শাতোকপা তোকমু মৈশাংবনা য়াম্মা ওইনা পাল্লমমঙৈদা তোকমু মৈশাংবনা রাবা চেংঙাচাবু শারেন হিংশোং শাইনা য়াওজরে। শাবি নোংদা চীংখন য়াংনা শোং-কিখিএ। খুফাং লৈচেংফাম্না হোৎ, লৈমু তাহুম্ননা লৈহুং থোঙারেন অহনবদা শৌরা কংলৈ পুংফাবগী মথোংজিল্দা ইন্দান

নোংদা যাওরৌশা শাবি য়াম্মা তোম্বনা লৈরি খাংদা য়েপ্পা চীংখোং পোইবৈতোনবু পাওথেম লৈনে। খুনবি পোংমাহন্না মালেম খুনফাওলৈ, লৈবি খাংয়েৎ লৈনে। লৈবাং মনাতাদি কাযবৈ যেললৈ মানবা, শিংলেন মচুতাদি হিগোক কুম্বান নিকপা লৈনা শিংলেন মতা লান্না লৈবাং খাংয়েৎ ফাবে, খুকোই শলাই থুংলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৭৮) ককয়াই হুমদং লৈ

লমলেন ফেনবোই লৌ, পোইবৌ লমশংশি, হাওবম মণ্ডল রাইবং কেকে পাত্তা পানবা লৈ, ককযাই হুমদং লৈ, কেকে কাণ্ড বোক পানবিসু রাবা পান্দম্বা, কোংযাং বাবা লানবনা যাঙ্গবা শাশেম্বদা শিংলেন খযোম শা, লৈবাং মপুন শেন্না মেমথ্ন তালোই মকম্বি খযোইবোন চিংহাওন্নু শাফবিদা লমওবলে, লোকখা নিংথৌ লুরাইবদি হাওরোক লান্দালে, হাওবেং লান্দালৈ, ককয়াই হুমদং লৈ, হাওবা মান্দনাওনা কুশংবা ফানা লৈনে। ককযাই হুমদং লৈনা রাইবং কেকে পাং পোইবৈ লমংশিদা মপান ঙাংনা শাবকলে, মালং চৈবোইননা লৈবাং মগুম নাইবা। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৭৯) চাকরাল্লৈ

লমলেন শেল্লোই মপিথেল, মুংবান শনলাম্বা কাওবেন শাম্বিথেন, কামু লাইবৈমা মচেং পাত্তা পানবা লৈ, কামু মুবি মখুৎথা শেক্তা মুবি লানগাই লৈ, মুংথক হিরোল্লৈ, বেংগী

লানচাইলৈ, অহিং তেক তেক পুংফুলৈ, তাওরিং তোইয়াল্লৈ, হুজা গুরাথেমচালৈ, মোমন্থু পাকোন ঙাইথেমলৈ, খুৎয়াই নামচুলৈ, খুনিংথৌ তোমপোকপা হেনমোইলৈ, হুরা খুমিন লৈপান থোংবু খমথেংলম্বা য়াইফু চেপ্পা হৈনা তরা চাওললৈ-ও তৌনা কৌএ। লাইতোংখু মংচুম্বী মপারি লারান খুনৌ শিবনা খমন্থুং লাংওনঙৈ, শরা পনথোনঙৈদা খমলৈ মিন্থুংকোন শরা মিথুরোনগী লৈমু এনবি মপাবু শমু তুংহন্ননা, খুফাং চেংলৈ ফান্না হোংনা হলরাইরকঙৈদা পাওমেন লৈনে। ইপল পলেম ইমা লাইতোংখু মংচুম্বী-ও, মগুম খমন্থুং চাথালম্বা পুংদা চোয়নৈ সনা কোল্লাংচান, খয়োইবোন তোনাবি, ময়োই য়াংলৈ থেংনা তরা চাকরানবদি চাকখংদে। মোমন্থু খুজিন লৈপান্থোং তেব তেক পুংফ লৈনা তরা চাকরানবদি ময়ুম খমন্থুংনা চফুবুদি য়াইফু-ও কৌএ। য়াইফু চেপ্পা হৈনা তরা চাকরান খংএ হায়না পাওমেললৈএ। অদু নোংগীবু মোমন্থু খুজিল লৈপানথোংবু খমন্থুং চাথংলম্বা পুংনা তরা চাকরানললৈএ। মোমন্থু খুজিল লৈপানথোং মনা তাওবা হুইরৈ মানবা, মখোক চায়াই চমফেন মানবা, মহৈ শরিক চোমজাও য়ানবনা লমলেন শেল্লোই মপিথেন্দা মপান ঙাংনা শারকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (৮০) লাংহৈ কুমচন লৈ

লমলেন মদাইমা ইরেং কোনশংরাই খমলাং কোনশিলরাইবদা চানা মোংননা নেম্বি তুম্বৌ চোংবলক্তা চোংবা লৈনে। লমলেন ইরং কোনসং রাই, থমলাং কোনশিনরাই-ও কৌবদি

মমা তমপাক লৈহাওন্থ মচা লংমাই পাংবং লোৌথিবনা মৈদিংঙ, নোইনাই ইরেংবনা পাথৌ লাবা থুমন পুরকপা নংবু কনানো পাওহংখিএ। ঐদি তমপাক লৈহাওন্থ মচা লংমাই পাইবং লৌথিবনে, পাথৌ নংত্থম কনানো, খোংলৈ মমাচা মৈদিংঙ, কাইনৌ ইরেংবনে হায়না পাওথুমলবদা পাথৌ-ও, শয়াং নতাঙ্গাউ মথুৎ শিবু ফুকনা শিন্নরমএ। অত্থ নোংগীবু ইরেং কোনশিন রাই, খমলাং কোনশৎলম-ও তৌনা কৌএ। লমলেন ইরেং-কোন শংরাই খমলৈ কোনশিল্লমদা ওংবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি য়াংলৈ তাওবা হুইরৈ মানবা, লৈরাং মপানতাদি পোরোং য়াথিল মানবা, কোরৌ হুমিৎ চুপ্পা মালেম মানা লোইরবস্থং শিংলেন লৈরাংমবু খুদাপ ঙাইরন ফাদবা লৈ, লাংহে কুমচন লৈনা চানা খোংদিংননা নেম্বি তুমবৌরক্তা মপান ঙৌনা শারকলে। শিংলেন অত্থস্থং মদোমদে।

## (৮১) লংশোই মুংবি পামজং লৈ

লমলেন লমলোই চীং, লমলাই তবং রাংবা চীং, লংমাই হান্না শাইএ, অমম লৈশারোক, তেৎনৌ য়োংপি হুইথাবা চীং, নোংখন চীংমাতোনদা ওংবা লৈ, লংমাই চীংহুংচাদা-লৈ, শেল্লোই লৌতা লৈ, মামবি পানজং লৈ কৌবদি খয়োইরোন তাওথোং কাইবী চহু লিকলা পিশিনখোম্বী পম্বৌ মপা পোকপু শাল-ওনবী মমান কাংবি লাইরুমচেংবীবু মপন পম্বৌ নিংথৌনা নিংথৌ ফাম্ভেক শোকনাইবদা কাওজানগে হায়বগী শমু খোংবু থিন্, রাকনবি চকপা মহারেংবা পামং হুয়ামিং চাথুকল্লু হংমা তোম্বা

শঙ্গাই য়াইনম শোইদা শমু পাংশোইনিকপনা কোংয়াং রাতারি, তারি লেংবা মরাকখংবু চরৈ কাংখনহুংদা মচু শানফাংদনা তাওথখিএ। লোকচুম হুইওই লৈমা মরানঙন চরৈ কাং ওইনা তোরা মরা ওই, মালং অয়াংবনা চরৈ কাংখল হুমতোকলে। চকপা মহারেংবগী শমু পাংশোই নিকপবু মিৎয়েং শানখৈরে। তাওখোং কাইবি চনু লিকলা পিশিনখোম্বীদি মপন তাংজা ঈকাইবা মচু শেঙ্গোই নিক্‌পরাগী মোমনু হেকঙাই মপাও চাওনা রাওইখিএ। ইপল পম্বৌ নিংথৌনা নিংথৌ ফান্তেক শোকনাইবদা কাওজানগে হাযববু ঐদি কদৌ রাকন ঙাইনো, চকপা মহারেংবা অসিবু শমু পাংশোই নিক্তবা, খুকলু হংমা তোমদবু খাজিকএ। ইপন তাংজা ঈকাইএ, হুইগাই শেনগোইএ, ঐদি তাইবং নমু পোংবু ওইববোই, তুম্বি ইরাংকোন্দা তুমলগে, লাইরেন লেম্বা লৌতাবগুম নোংহানলগে হায়না য়ারৌ শমকোই তুরেল মিংথাকোন, তুবি মকু এনবু রাকয়ৈ হিগা ওই, শংলৌ তাংগোন্না খূমু নৌগা ওই, পোনবি রাইরংচেক মাকপা পাঞ্জুমবীনা তোংচেং হিনাও শানা লাইজ ঈরোন পুংদা নোংমল্লগে হায়বসুং নোংমন্দখিএ। তাওখোং কাইবি চনু লিকপা পিশিনখোম্বীনা মপন ঈকাইরা মচু শেঙ্গোইরাগী চকপা মহারেংববু নমদা হুন্না থেঙ্গোই নিকখিএ। শেল্লোই চীংমাই কানা নোংহাম্বিনা ওইখি লৈনে। অচু নোংগীবু হুইচিকপু তাওখোং কাইবি চনু লিকলা পিশিখোম্বি তরা চাদংদনা নোংমনবানা ওইখি লৈ, চীংহুংচাদা লৈ-ও তৌনা বৌএ। লংমাই লাংশা নহাবি তরামঙামনা মুংবি পানচংবদা শিংলেন মতোন থংনা লৈরাং খোম শানা লাংলকপবু

শেল্লোই লাংশানহা তরামঙামনা শমু খুৎনা লৌনা চিন্নখিএ। অহু নোংগীবু শেল্লোই লৌতা লৈ-ও তৌনা কৌএ। শেল্লোই লৌতা লৈ, চীংহুংচাদা লৈ, মুংবি পানজং লৈবু লুরাং লংমাইবা, লৈখাম ফাবনা কোবৌ নোংলম্নু ভাংখুন রাইচৈ খুঙম শং, হুয়েল লেংবা ফানা শংগী মানবি ভাইখোম্বা শংদিং লোনঙৌ চিনবনা কোংয়াং চৈশু পালোইননা কোবৌ নোংলাংঙৈদা নোংখম চিং-মতোনগী লাংলকপা লৈনে। তিংই রাফোংলাক, লাবা নোংলৈ-ফনদা লাইরেন মৈদিংঙু হুংজি লাংগন হিথাবদা কংলা পাঙ-দমলৈ, শেনবি লৌতা লৈ, চীংহুং চাদা লৈ, লংমোই মুংবি পানজং লৈনা শিংলেন মনা লেক্, লৈরাং মপান ফাবকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৮২) শমজিরৈ

শেল্লোই নাকপক্মা লংমাই চিংশামদা পাইবং লৌথি মশোইমাং, রামৈ লাম্বা খমনিংকোন্দা পানবা লৈ, শনজি পুলৈথক্তা থোন্না লৈ-ও কৌবদি লংমাই লাংশনহাবি তবামঙা-মনা লংমাই লাংশনহাবা তবামঙামা-ও, ইপাম শেল্লোই ল মাই পাইবং লৌথিবা শাবি লৈবাংশোই ইপন রামৈ লাম্বা খমনিং কোন্দা তল্লা অঙনবা পামেল অরেম্বদা পানবা লৈ অসিবু শিংলেন অসিবু লৈহেকপি-ও হায়না থৌনেকখিএ। মহু লংমাই লাংশ-নহাবা তবামঙামনা পামেল উকাববু কাঙমদে। তল্লা উতোল লোমঙমদবে। পামেল খাংরাইমগী হলরাইনকএ। কোরৌ হুমিং-মদি মহু খমমিৎ মনাও থারাংববু থৌনেকপবু খমমিৎ মনাও

খরাংনসুং পামেন উতোল লোমঙমদে। তল্লা খাংৱাইমগী হল-ৱাইরকএ। কোরৌ হুমিৎমদি মত্থ নোংপোক মরেম তাইময়ানবু থৌনেকখিএ। মাদি তল্লা পমশিংলে, পামেল উতোল লোমলে। নোংপোক মরেম তাইময়াংনা শমু খুৎনা ফানা শিংলেন লৈ-হেকলে। ইমোম লাংশনহাবি তরামঙামা-ও, শিংলেন অসিবু তাংজা লুদা থেংলসি হায়বসুং লৈরাং চিন্নমন্নে হায়রবঙনে। শমু ইখাং অসিদা য়েপলকসে হায়বসুং শিংলেন মচু থাওনা হুমাং লৈরিক কারবঙনে। মালেম লৈদা কেন্থরকসে হায়রবসুং শিংলেন লৈকা কেন, লৈরাং লৈরোং শমলবঙনে। ইমোম নখোংগী চরৈ নয়িন ফিন চরৈ ফিগাও শানা ঙাইখম-ও হায়-রবদ, লংমাই লাংশনহা তরামঙামনা চরৈ ফিগাও শানা য়াজখিএ। খোইনৌ ইভাশিং-ও, ইপন শেল্লোই তেংথানা শমবু খিংখিং-ও কৌএ। খিংখিং কাইনৌ শমজি পুলৈথক্তা থেৎনসে হায়নখিএ। লংমাই লাংশনহা তরামঙামনা শিংলেন লৈরোং খাইনা লৈরাং লৈকা থৎনা কাইনৌ শমজি পুলৈথক্তা থেৎনখিএ। অতু নোংগীবু খিংখিং কাইনৌ শমজিরৈ-ও তৌনা কৌএ। শমজি পুলৈথক্তা থেৎপা লৈনা শেল্লোই চীংশামা লংমাই নাকপকমদা শিংলেন খুতম্না লৈরাং মরিক চুমলকলে। শিংলেন অতুসুং মদোমদে।

## (৮৩) শায়িলৈ

শেল্লোই নাকপকমা লংমাই চীংশামা থেংয়া লমহুংশি খাল্লে মচিংলেন্দা পানবা লৈবু লৈএ। খ্বাই হুংচেনবম পিবা

একমা হাওদংলা নমু পোংবারাচা অতনবনা য়োইময়াই তাও-দনবা মশাবি তাওহুইবেং অহনববু রাইবা মতেনচানা চৈবিববগী মহি খকমা তাবনা পামেল উকাবোংদা ওলহৌবনা পামেল শযিবৈ চকমোম খাম্বি মৈখাং লৈবু শালওনখিএ। পামেল শযিবৈ অহুনা শেল্লোই নাকপকমা লংমাই চীংশামদা শিংলেন থুমু হুন্, লৈবাং মতাং কাবকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৮৪) ককয়াই চুমলাংলৈ

শেল্লোই মদাইমা বাখালৈ, তোইম্যা বাবপা মবমখদা পানবা লৈ, লাইজ ঈবাংখমদা পানবা লৈ, পাংযাই চুমলাং লৈ, তাওবা হুইবৈ মানবা, লৈবাং মপানতাদি কোদোম লৈদিক মানবা, ককযাই চুমলোং লৈবু নোংযাই সুহু লাংসুম মনাও অদোন রাহেংখৈ অমো অতাংবা থোংবু চৈবেমচা তাওজিং হৈপাম্বনা ককযাই চুমলাংলৈবু তাওজিং হৈগুম চানিংলবগী নোইহ্ থুমপাক যৈনা তাওজিং হৈচানগে লাকপব মৈদিংঙু নোইনাই থৌরাম্বাবা থাঙলেন মথুৎশুনা যাল্লমএ। অহু নোংগীবু মৈদিংঙু থরাম্বাবা মবৈখং, অদোন হেংখৈ অমো মৈনাংবা ফানা লৈ-ও তৌনা কৌএ। পাংযাই চুমলাংলৈ লাইজ ঈবাং-খমদা ওংবা লৈনা শিংলেন লৈবিক চুম, চুমলাং মপান ফাবকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৮৫) শাবন নাওহু লৈ

রাইবং মদাইমা তবাও পংবীচা লিচংচা মবোই কাইফৈ মন্না রাই, খাংলা উবোং চেপফেং রাইবু নাতৈনা, নোংবানলোন

খোংহৈ লাওহৈ তাবি পুংলেন নোংজু রাই, রাইকৌ পাৎপু ঙম-ওন্না, মুংবি লমথোনপানবু নাতৈননা, তাখোক শোইথিয়ান কোংবা লুহেংপাৎপু ঙমলোন্নবা শাবন মুংবিথক্তা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন মনাতাদি চাংজৌ খুৎফাং মানবা, লৈরাং মপান-তাদি শিনৌ মেনদং মানবা, নোংবা অচোং য়ুমলেনবম চন্থু লৈমা লোইজাবেম্বী চেংলৌ শকনা হেনবী, পুন্থুং লিন্না ঙানবী শমলাং নাকপকমনা নাগা মাংশোক ইগুম কাওরেন যণ রান্নগে তৌগুম্বী, শমলাং নাকতৈ পাংমনা কোন্থা ফাইবেন ইগুম তযুম নাই-রান্নগে তৌগুম্বী, মোমন্থু তাংজা শমজি শমলাং ওইরম হুনবনা লোইবি কাক তোংগুম্বী. লৈমা লোইজাবেম্বীনা মশন শেল্লোই খুনেৎ কুনলকপদা মাঞ্জা মরা ওই, মিংথৌ পোংনাও তাববু মপন শানতাক্তা, মন্থু শানফোংদনা, হৈবাং লেংনচংনা, তাওজিং লোন-হাযননা লৈবোং য়ুমচংনবা রাগীবু মমান মচা নিংয়থৌ পোংনাও-তাবগী দমকপু শান্নন লৈবাংবা, নাওন্থু লৈহেক নোংদা নোংয়াই শনবন খুবা খুমন শনবন হনবনা কাইনা হুনখিএ। অন্থু নোং-গীবু লৈমা লোইজাবেম্বী লান্নংলৈ, শাবন নাওন্থু লৈ, নিংথৌ পোংনাওতাবা লানশিংলৈ-ও তৌনা কৌএ। শাবন নাওন্থুলৈনা মানবা মনমশিনা চেংলৌ মিংথোং লোল্লকলে। শিংলেন অন্থুসুং মদোমদে।

## (৮৬) থারামলৈ

লমলেন শেল্লোই ফাগংথেল, পানবা হাথরোক, কৈরেন নাওশোং চীংদা পানবা লৈ, থারাম মেনদং মানবা লৈবু নমু

খুত্তা শু, চুবা ঙাইথিং থন্না, তমফা রাঙমলোন্না মতোম থেং-নববগা শেল্লোই মচিং কাবকপবু যাংনা শোইনা কাখিএ। অদুু নোংগীবু কাইনৌ চীংশোম্বা চুবা লৈহুংশি, খাবি লেংনাওখোম্বী থাবামলৈ-ও তৌনা কৌএ। শেল্লোই চীংহুং থাবাম লৈনা লং-মাই মদাইমা অযাংজাম্বা মচিশাংদা শিংলেন মপান ফানা থবাক মেনদং মাল্লকলে। শিংলেন অদুুস্তুং মদোমদে।

## (৮৭) লেংখাং শনম লৈ

লমলেন শেল্লোই লৌহেংখোং, থোংখাং চীংলাংমৈ দিংও মযাং লাইকোইচীং, তোংজেং শকপৈ, লমলেন লৈনাবেক হো খোং চীংলাংমৈদা পানবা লৈবু লৈএ। পাখং লুকোই লৈ, চুবা লেংখাং শনম লৈ-ও কৌবদি মৈদিংগু পোইবৈ খুমোম্বনা মশানৌ খযোইরোন চানদা পোংলেনখোম্বানা লমলেন লৌহেংখোং চীংলাংমৈদা পামেল উয়োকচৈংদা তল উকাব চাংযাইথু য়ো নাও-গী লৈবাং মশুং মানবনা পানেল উত্তাম্বকা শিংলেন লৈবিক অচুম্ববু শমু থুংনা ফংনা লৈহেকখিএ। যাংলৌ লমতুপনদা শিংলেন খযোম শা, লৈবাং লৈপুন শানা লাইবেন মৈদিংগুদা লানজাঙমএ। মৈদিংগু পোইবৈ খুমোম্বনা মশানৌ থংদা খযোইরোন চানদা পোংলেনখোম্বাগী শাংদিং মনেংদা লিককোই শল্লাই থুংনা নম্বিখিএ। পোইবৈ মিনাং তাকনা হেনমোইনবকএ। অদুু নোংগীবু যোইবু লেংখাং শনমলৈ লমলেন থেংখোং চীংমৈদা শিংলেন লমহাই নাইনা লৈবাং মবিক চুমলকলে। শিংলেন অদুুস্তুং মদোমদে।

## (৮৮) লৈখাম

কৌবা লোকমাই লোকলৈখাম, কৈরেন নাওশোংখাম, শিংলেন খামমোইবা, লৈরাং খামদিংবা মৈদিংঙু শেনবি খাগেম্বনা মোমন্থ খুনঙম লৈ, লাযেপ লানমিং নাইবা ফানা লৈনে। মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা করাও খুনঙম লৈ, কৈকামুং ফানা লৈ, মৈদিংঙু শেনবি পাইখোম্বনা চাদোং খুনঙমলৈ। হুযেন হুংগারেং ফানা লৈনে, মৈদিংঙু ভুবি চবাইরোংবনা শমন খুনঙম লৈনে, হুমিৎ থাবাম ফানা লৈনে, কৌবা লোকলৈখামনা শেল্লোই নাকনকদা লংমাই চিংশামা, অরাং শাজেপ লোনমল্লাং, থুম্বি মৈহোংচৌং, মৈদিংঙু নাওফংবা শিংলেন লৈচিনথেন্দা খারি চারম্ভাবনা লৈরাং মনাং কাইনা হোইয়ান থোনবা, পানবা হাথখাম কৈরেন নাওশোং খন্নঃ মনা তেকপি শাবৈ মানবনা লৈবাং শংনা ফারকলে। শিংলেন অহুম্সুং মদোমদে।

## (৮৯) কোরি চুমবুন লৈ

লাল্লোই লমহন অরাংবা কায়নৌ লৌ, চীংখৈ লমহুংশি, শহু খোকলোই চাং, তেৎনৌ লুমাই চীং, হুমিৎ অরেম্বনা পাল্লি রাই, থবি অরেম্বনা ওংলি রাই চাংখৈ লনহুংশিদা পানবা লৈ, কোরি চুমবুন লৈ, চাংজিন লাংবন কুমওল্লনা অরাং লাইনা লৌচিংখৈ, চিংখৈ লমহুংশিদা শিংলেন মপান ফানা লৈরাং মরিক চুমলকলে পামেল উফৈ ঙাল্লে। শিংলেন অহুম্সুং মদোমদে।

## (৯০) লাংবন কুমওন লৈ

মালেম তমপাক লৈনেমথক্তা পানবা লৈ, লমলেন মদাইমা মৈদিংঙ খোংতেকচা য়োইরেনবনা লাংচা ললহাবদা খোইমোম

লাইকেল্লম, অরাং লাংজা লৌপুং নাতৈননা হুইয়াই লমহন্দা পানবা লৈবু তেংথারক্কে। মৈদিংঙু কৌবা মিয়োম্বা মরৈখং, মরোই খাংজেন চাইবা, কৌবা পথুপনেম্বনা লাংবন কুমওন লৈ, মনা লাংবন ফৌনা মানবা, মপান কোরি লৈত্রেং মানবা, লিকলু তাংদানবনা হুইয়াই লম্মহন্দা কেকে লৌথাংকা পল্লংলা, লোইমোম ফৌওইবী খাংবা মনমথাংদা খমলা মবৌপান্দা পানবা লৈনে। হুইয়াই লিকলু অথেংবনা লিকলু মতাং কাবে। লাংবন কুমওন লৈনা কুমজিং লোনমাইথক্তা লেংলেংলকলে। শিংলেন অতুস্নুং মদোমদে।

## (৯১) শাবন মোইবুং লৈ

শাবন মানপনথক্তা পানবা লৈ, ককলু লুহেংথক্তা ওংবা লৈ, শিংলেন মনাতাদি নানবা তেমজিন মানবা, লৈবাং মপানতাদি চাখা মোইতোন লৈকুম চাওনা হেনবা, শিংলেন কোক্তা থেংলবদি রানা ঙৌথোন ওই, মিংমৈ নাশংদনা রাইথুং লৈনে। শাবন মোইবুং লৈনা লৈরাং মপান ফাবকলে। শিংলেন অতুস্নুং মদোমদে।

## (৯১) ইঙেললৈ

অরাং থাংরাই লৈতাংখম, তাংখম লিরাপোক, লোইমোম ফৌওইবী থাংরাই নময়াইচীং, মরান থোংবা লান্দালম, থংগাল অয়াম্বা মলহোন চীংদা পানবা লৈ, লোইদাম ইঙা থামৈ হুইখিবা, ইঙেল থাজিন ফাওরকপদা শিংলেন মপান ফাবা লৈ, মনা তাও-তেকনদবা, লৈবাং ঙাংনা তোল্লোংবা লোইদাম ইঙেললৈ, পোইরৈ খুনবু মশিংথি, ফমদৌ শনজং লোইনা হুয়েন লান্দা লৈ, কংলা

পাওদম লৈনে, চীংশোং ইঙেল লৈনা শিংলেন মকা লোংনা লৈরাং ঙাংনা শারকলে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৯৩) কৈরাংলৈ

মপোইরৈ তাম্বোং ময়ুং কুই, লেমথোং মফৈ পাকপা পুং অসিগী শিংলেন পুন্না খোন্, লৈরাং শুপ্না ভিন্না তেংথারক্কে। তাম্বোং ময়ুংকুইবা লমদা পানবা লৈ, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা চিনফুরোন লম্মাবী শিনখাম লৈ, অয়াং লেমথোং পুংখাম লৈ, ওংয়া তেমজিন লৈ, পানবা কৈয়াং লৈ, চুবা লৈহুংশি, মনা য়াংলৈ তাওবা হুইরৈ মানবা, মপান তোল্লোক লুফা নিকপা লৈ, চিনফুরোন রাইলোং তাওবি সনা মখোংখাদা পানবা লৈ, [redacted]বান শেরেম্ব তবেৎ শেনবুং থেন, শেনচা হাইহৈ থেন্দা লাল্লুমহম্বী থেল্লেন মরানয়াইদা শিংলেন মপান ফা, লৈরাং ঙৌনা ফারকলে, চুবা লৈথেৎ ফারে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৯৪) চেংলৈ তোল্লোংবা

পোইরৈ চীংখোং লাকলেন কিশি তাই, মালেম থিংগোই মরাং হোরকলবদা লৈরাং চুন্না পানবা লৈ, শিংলেন তোন্না লোংবা লৈনে। চেংলৈ তোল্লোংবনা হাওরৈ নোংপোক পাংবরম খাবা ফান্দোংবা থাংয়া শাগারমদা শিংলেন মপান ফা, লৈরাং ময়াই কারে। শিংলেন অহুসুং মদোমদে।

## (৯৫) শিংলেন ঙানম লৈ

হাওরৈ লাইনা পাংবরম, থোংলেন মিকৌবা লমদা পানবা লৈ, লাল্লোই চাংঙাংলেন খমলাং লোখোংশোইদা খমহুং চীংদি চীংবিথম, তাইবং চীংদি চীংনাওতাদা ওংবা লৈ, চাংসু অঙম

কাদবা, তমস্ত অঙম তাদবা চীংলেন নাপোম থারকপদা লৈ। মৈদিংঙু নোংপোক সনা ভৌবা থেল্লন মরানয়াইদা ওংবা লৈ, খোইবু খুনঙম লৈ, মঙন ওকলাবগুম মৈশোনবা, হুয়েল শাকাপ্পা ফানা থেন্দা থেললেন মপান কোয়না পানবা লৈ। শিংলেন মমিংথোংস্নুং লেমলৈ ঙানিংনবা, শিংলেন ঙানম লৈনা লাল্লোই চীংঙাংলেন্দা লৈরাং মপান ফাবকলে। শিংলেন অত্থুস্নুং মদোমদে।

## (৯৬) নাওয়োক লৈ

লমলেন ফেনপরা পানা অচনবদা পানবা লৈ। হাওৈব নোংচুপল পাংববম থোংনাং থারুপ হুহিলৈগী পাঙন রাইবা রথৌবা মখুংথা, শিংলেন মনাতাদি সনা লৈখাম মানবা, লৈবাং মপানতাদি হুইক্রু তুদানবা, পাঙন মতমপাক থারুক হুহিলৈগী শিংলেন মপান ফুকনা পুরকপা লৈ, লমলেন ফেনবরা পারা শিংলেন লৈ লিংখিএ। তুবেন চংলৈ লৈঙোই মখোং শোমনৈএ। লাইজ খিকফেন চাইনা নাওয়োক লৈ। লৈরাং মনম চাওবা মোংবা যুমখাং লান্না, লৈকাই তোনফাং কেন্না নম্বলৈনে। চরৈ ফিরোনস্নুংদা মালং চৈরোয়ননা শিংলেন মনম চাউরকলে। লৈরাং অত্থুস্নুং মদোমদে।

## (৯৭) চামলো লৈরিক লৈ

লৈকাই ইংখোল ফৈরোইস্নুং চংবি লাকোললক্তা পানবা লৈ, চামলৌ লৈরিকলৈ, শিংলেন মনাতাদি চামলৌ লৈরিক লৈগুম তোমশাংনবা, লৈরাং মহৈতাদি শিংলেন মথুঙৈদি ঙৌনা পানবা, লৈরাং মহনথংদদি থবা ব্রাইরৌ লিককুম মুনা ওনবা

লৈনে। শিংলেন মপানতাদি চীংলাই লাইখা মানবা, মচু উহি লোংচন লৈগুমনা ঙাংনা হেনবা, খোংবান নাওবা তোনগা-লোই, খাবা উনশিংলোই, শুমাই কাংখোই লোইশিংনা শিংনাং কোরোং শু, লৈকাই ইংখোল ফৈবোইন্থুংগী লৈরাং ফামনা হেক-না শিংলেন অনৌবদি মখন তৈ, লৈবাং অনিবদি মচা খননা লংশুং খোংগা তি, রোকশোং পুমথাং লোননা, থবানা ঙাংগোই লৈনা, চামলে লৈশিং লৈনা লৈকাই ইংখোল ফৈবোইন্থুংদা চংবি লাকোন ফানা শিংলেন ঙাংশারকলে। লৈরাং অত্থুংসুং মংদোনদে।

## (৯৮) নাওইদোং ফিশাতোং

পোইবৈ মত্থুং ওইবকলবদা পানবা লৈবু লৈএ। শিংলেন মনাতাদি য়াংলৈ তাওবা হুইবৈ মানবা, লৈবাং মপানতাদি সনা চুমবুন মানবা, শিংলেন মথোন তৈবা, লৈরাং ঙাংনা ফবা লৈনে। য়েোইবু খোইমোম লাইবেমা হুয়েল লাললৈমা, রাইরা শামাবী, খোইমোম লাইনামুং নামুংবী থাংলেন য়াশা থৌনাবী লোইদাম যাওবে লাংবন কারকলবদা ইরাং থৌজেল লৈনে। লৈরাং মথোন তৈবা মৈদিঙু ক্যাম্বনা মংশা খুনঙম লৈনে। হুয়েল খেল্লোংবা ফানা-লৈ, কুচু থোল্লাং-মৈদা থাবা লৈবু শিং-লেন লৈরাং হুন্, লৈরাং লৈকা খোইনা পানবা লৈবু শিংলেন লৈরাং অমদি মন্থু নিংথৌ চীংখোং লমগাইঙম্বনা থেৎনরোএ। শিংলেন লৈরাং অমদি নশাবি ঐঙোন্দা শেৎথবিরম-ও, মংশা খুনঙম লৈ অসিবু রাঙমলোন নংগী নপানা তমফা নতিক নপা-নে হায়না পাওমেনববু মশানৌ তমফা রাঙমলোন লুকেংন্থু

শাফবীনা ইনিং লৈমা অঙৌবা চন্থু তাংজাখোম্বী, হাওকপ লমজাওবী, ঙাংজেং লমলেম্বী চোইনৌ মিকলাইবোকপী, হুয়েন নিংথৌবা ফাবী-ও, ইত্তনিংথৌ চীংখোং লমগাইঙম্বনা লহান মংশা খুনঙমঙৈদা লোকলকপা লৈবা হায়ববু হোইদা ইচল লৈমা তমফা রাঙমলোন-ও, নত্তুনিংথৌ ইশাবি চীংখোং লমগাইঙম্বনা লহান মংশা খুনঙমঙৈদা লোকলকপা কুচু থোল্লাংমৈদা থাবা লৈনে। পোইবৈ শোংনা চিন্নদবা লৈনে, রাঙম পংনা থেংনদবা লৈনে হায়না পাওখুম্লবদা তোইগুম ইনিংলোন, শংদা নোংবানলোন-ও, শিংলেন অসিবু শাংদিং ফিশাবদা চিন্নক-ও, নচল লৈমা ঐদি মোমন্থু শুমাই লাংনা খনবদা ইতোম থেংনগে, লৈবাং ইতোম্মা চিন্নগে হাংখিএ। অত্তু নোংগীবু মচন লৈমা নাওইদোং, মনিং লৈমা ফিশাতোং-ও তৌনা কৌএ। মচল লৈমা নাওইতোং, মনিং লৈমা ফিশাতোং, লাইরেন চীংখোং লমগাইঙম্বা মংশা খুনঙম লৈনা শিংলেন মরোং খাইবকলে। লৈরাং অত্তুস্নুং মদোমদে।

## (৯৯) ক্ক কৈল (২)

কুচথোল্লাংমৈদা শউল হাইকাপফম, মংগং নিংথৌ শক্তিবদি খাগা থং, পানবা কৈজেং-লাং অচঙবদি যাইদা চল্, ক্যাং নিংথৌ সনা য়াইচু শাইবদি থক্কা থংনা লৈমু শেংতাক্লা লৈহাও শেংঙোইপুংদা পামেল উতোনথক্কা পানবা লৈবু মৈদিংঙু নাওথিংখোং মঙাংঙম্বা চীংখোং পোইরৈতোন লৈক্মুং পোইনাওতাগীবু মৈনা রাই, তাংনা শমনা, কোরৌ মচি লাং, রাংবন মনাও তাইনা কাছা পাউতাকঙৈদা অতাই চিরাং নোং, চরৈ ফিঙৌ হোং-

বা নোংদা লাইরেন পাখংবা য়াকালৈ, পাকলোই ঙাংজা থেম-মথক্তা হেনমোইলৈ, শনম তোমথিল লৈ, চরৈ ফিদোং লৈ, অতাই ৱাকলৈনা কুচুথোল্লোংমৈদা লৈরাং মনা ফারকলে। শিং-লেন অত্তুস্তুং মদোমদে।

## (১০০) য়াইঙং মপাল

কোইরেন য়াইবেন মিংথোং লৈ, থোম্বা তুরৈ খানপানা কুমহৌরেদা। চরু খাংতপ তাইনলৈ য়াইঙং ঙাংনা শাৎপনা কুমওইরেদে।

## (১০১) শ্রীজকুসুম

শিংলেন লৈ মহি ওস্তোকপা লৈরাং শোংনা থোক্তুবা লৈবু লৈএ। লৈবাং অত্তবু তেংথারক্কে। লহানোং হয়িঙৈদা তাইবং থরাই পানবা, অচং অরেপ পুমনমক্কী মবুংঙো ব্রজ লাই পাখং অতেংবা, সখি চন্দ্রিকা রাহোং তুনিংথৌ চুডা লৈতেং ওইনবা কৌস্তুভ মণি লিক ওন্থক্লা, চিংঙু খৌরি ঙককোইনা, মুক্তা লিকলাং পবেং শিবনা নি থি পুকনিং হুবা, চিংঙু থবাক লিক ওল্লমদা শ্রীপাদাসন তুরৈ হংকৎনা হৌবনা সুন্দর লৈতেং ওই-রিবা সনা মেখলা খাংনপ্পা মুক্তা পিশিন্দ্রাই খাওওন্না, সনা নোপুর খোংঙনগী মখোন্ন পোনবি শেন্দাং খোনতানবনা, হুংশি পুকথোং কায়না প্রেম ঈথক হৌ, সনা খুজি পানেন হৌ, খু-জিন লিকলা পিশিনতোন তরামনা লোইদাম মেরা থাগী থারোং হুমনি পানবাকুম কোনগোন পুকনিং হুবা, পিশুম পাগোইতানা কোরৌ চুমথাং খানগুম্বা, লাইবক তোমখিন্নবনা মনিক হাজং য়ৈগুম্বা, শৌরা তুপোং থুদিংদা হুমাং লৈরিক কাবনা সনা কোন-

গোন হুনগুম্বা, য়েংশিনখিবা খুদিংদা মিৎয়েং খুঙম হোংদবা লাইয়িংথৌনা শ্রীবৃন্দাবন উমংলেন, ছয় ঋতু তরুকমনা তত্তনা থোকলিবা, নিংথি মুংঙাই মনম মুংঙোন পুকনিং হুববু লৈরাং মশিংশুনা শাৎলিরাই, খোইমু লাবা-অমাম, কোকিলচেকনিংথৌ-না-চিংনা খোঞ্জেন মুংনৌ ময়েক থোকনা কুহু হায়বা ময়েক্কা কৃষ্ণ লাইমিং শোনবব অহি মুংথিন নাইদনা শোন্নবিবা, থরাই লান্না হিগী তোংজেং হিথাংফম অথোইবা শ্রীবৃন্দাবন উমংলেন অথোইবা অত্থদা শান্নরিবা খুঙম অথোইবা অত্থদা শ্রীরাধিকাবু ভক্তি মাইয়োক্না, থৌগন চৈরোয়ননা শাৎপা লৈনে। লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা ধর্ম্ম অত্তা নিংথৌরেন ভক্তি লাংওন চংখোনবনা খোইয়ম লাইগী থৌদাদি লাইরা অতোন তাবাশিংনা তরা মচাক রাৎনা চরৈ অয়িন তাম্বগী মপারি মমোম লাঙ্গোন ঙমনবা তরা শেনবু পাম্বা তুগুম্ববু কৈজ্জা লোইজ: খাক্তা, ইরম খোংরম শেন্দনা হরিনাম অরুববু নাম লানবিরম্বা, খুনগং লৈপাক খাক্তনা পালা খুৎপু লিংহনবা, ধর্ম্ম লমচৎ ফংঙমদববু পোইরৈ নমু মীপুম হাঙদনা ফংহনবিবা নিংথৌরেন্না শ্রীবৃন্দাবন মুংঙাইবদগী শিংলেন মপান ফুক্, চরৈ ফিনা য়োম্না পুবকপা, পোইরৈ সনা পুংগী লমদম মুংঙাইবা কৃষ্ণ চাংদোমপোক বিষ্ণুপুর লাইফমলেম্দা লৈঙোই মখোং শোম্, লাইজা খিকফেন চাইনা নাওয়োক লৈ, লোইদাম কুমওল্লকপা লোইদাম ইঙা থারোইননা ইঙেন থাবুম লোম্না শাৎপা লৈ, শ্রীগোবিন্দ সনা মখোংখাদা কৎতরবদি নমু কনানা চিন্নহন্দবা লৈ, শিংলেন চুনবা শ্রীজকুসুম লৈ ওম্থোকনা লোইদাম ইঙাথাদা শিংলেন লৈচু অহুম থোক্না লৈরাং মপান ফারকলে।

লমলেন ইরাকমনা পোইরৈ মন্নুং ওইরবগী শিংলেন লৈচু রেংং, লৈরাং মতম থন্না শিংলেন পুন্নমকপু হাওদনা মালেম চিথেক মরিমা, মাইগৈ নিপানমা, শুংদাই তরাতরুকমদদি শিংগাই হুক্ষ্ মাথোইমদগী শিংলেন পুন্না থোম্, লৈরাং পুন্না তিন্না তেংথা-জরম্বনে। পুনশি ইরানলৈ, শরু লুত্তোংলৈ, লুরাং পুনশিবা শম্বোং পুখৎলমবদগী হৌনা অরাং লাইনা পাংবরমদা থোমকৎলক্লে। থোংলেন ইমান কৌবা চৌংথংলাং পাংবরমদা হয়ি হায়না কোন শল্লমগে, হয়া হায়না হিথাংলমগে। তাইবং থান্না হিবা পুংনে। নমু মীরোনমবু হাওদনা চৈরৈ ফিগাও শানা থান্না হো-ও। তয়ুম ইরাকমনস্পুং থুঞ্জাওনবা কোঞ্জরমবনে, রাক চাওনবা হিথাংলম্বনে। হয়িও হয়া হে, হয়ি হয়ম।

# লোইরবা